# ꯃꯩꯊꯨ
# ꯁꯦꯝ ꯀꯦꯠꯂꯨꯡ ꯃꯁꯦꯝꯊ
# ঐবু থামসানুনে অথাম্বা




সনাহানবী চীংঙারেল

# ꯑꯩꯕꯨ ꯊꯥꯃꯒꯅꯨꯅꯦ ꯑꯈꯥꯝꯕ

# ঐবু থামগনুনে অখাম্বা

সনাহনবী চীংঙারেল

কোংজবা ঃ য়ুমখায়বম বোদে মৈতৈ
খুরাই কোংপাল সজোর লৈকায়দা লৈবনা
প্রোগ্রেসিব লাইটর্স এসোসিয়েশন
মণিপুরগীদমক্তা কোংজবা।



হক পুম্বা ঃ অইবী অমদি অফোংবা

আহনবা ফোংবা ঃ ২০১৩

মখুমগী মওং ঃ অইবী

মখুম য়েকপা ঃ অজোয় ঙাঙোম

মমল ঃ লুপা ১২০/-

আইরিক ফংফম ঃ অইবীগী শঙ্গায় চীংঙারেল
উখ্রুল রোদ ইম্ফাল

নম্ফম ঃ কংলা প্রিন্টর্স, গভর্ণর রোদ, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১

# কৎচবা

তাইবংগী লৈকোন্দা লৈরাং ওইনা লৈশাৎলম্বা লৈপুং ফানা লৈশাৎ তমখিদ্রবা আর কে প্রেমিতা নহাক্কী নফমদা ঐগী শৈরেং লাইরিক 'ঐবু খামগনুনে অখাম্বা' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি কৎচরি লৈরাং লৈখল শুরে খনবীদুনা হরাওনা লৌবীয়ুকো ইতা নুংশিবী।

## তেংবাংবিরকপশিং

1. Thiyam Megha Chandra- Sagolband Khamnam Leirak
2. R. K. Sanajaoba - B.T.R. Irawat Bavan
3. Itocha- Nongada Thongkhong
4. Longjam Sanathoybi - Singjamei Thongam Leikai
5. Ngangom Manimon- Lairikyengbam Leikai
6. Takhelmayum Abung- Khurai Kongpal
7. Sairem Paiton @ Jekijan- Kongpal Sajor Leikai
8. Y.M. Yaiphaba
9. Kiran Kangjam - Wangkhei Angom Leikai
10. Laishram Sumanta Khuman-Wangjing
11. Ngangom Roma Leima- Chingarel
12. Shrimayum Mani Devi- Yourabung Khunou
13. Ningombam Jatishwor- Basikhong
14. Thangjam Nandakhishor Singh- Thangmeiband
15. K. Lokshmikanta Sharma, MCS
    Sub-Divisional officer: Sawombung

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

'ঐবু খামগনুনে অখান্বা' হায়না মিংথোনবা সনাহানবী চীংঙারেলনা ইবা শৈরেং লাইরিক অসি য়াম্না মতম চঙনা পুথোকপা লাইরিক্নি। ঐনা থেংনজহৌবদা প্রেসতা অহানবা থাজিনবদা শৈবেং খূদিংগী ইখিবগী তাং শোক থাখিবা থেংনজহৌই মদুমক ৱারবসু ৱানা প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংনা হাপ্পীরকউ।

ঐগী ওইনা নুঙাইজবা অমদি পেঞ্জবদি প্রোগ্রেসিভ লাইটর্স এসোসিএশন মণিপুরগীদমক্তা পুকচেল চাওনা য়ুমখায়বম বোদে মৈতৈ, খুরাই কোংপাল সাজোর লৈকায়দা লৈবনা প্রোগ্রেসিভ লাইটর্স এসোসিএশন মণিপুরগীদমক্তা ফোংবীবসিগী মতুংদসু অইবা-অইবীশিংবু হেন্না নুংশিবীবা ওইবীয়ু।

**ইবোসনা খুমন**

সেক্রেটরি,

১৪/৩/২০১৩ প্রোগ্রেসিভ লাইটর্স এসোসিএশন, মণিপুর

# ৱাহৈ খরদং

সনাহনবী চীংঙারেল (১৯৮১) মণিপুরী সিহিত্যদা ২১শুবা চহীচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী মনুংদা নৌনা খোঙ থাংজিল্লকইবী অইবী অসিনা ঐ শৈরেং ইখিনি (শৈরেং: ফেব্রুৱারী ২৪, ২০০৮) অমসুং তাবিনবা লৈত্রবা ৱাকৎ (শুমাঙ লীলা: আগষ্ট ২০০৯) নচিংবা লাইরিকশিং ফোঙস্ত্রে। ইং ২০১৩ গী ওইনা ঐবু খামগনুনে অখাম্বা হায়না মমিং থোনবা শৈরেংগী অপুনবা লাইরিকসি ফোঙদুনা সাহিত্যগী ক্ষেত্র অসিদা আশা অমদি শীংনবগা লোয়ননা থৌদাঙ য়ারক্নি। নুংশি ঈশৈ ইখিনি - কয়ানা ঈশৈসু ইরি হায়না মমিংথোনবা ঈশৈ-শৈরেংগী লাইরিক অমসু ফোঙগদবগী শেম শরি। পুম্নমকসিগী মথক্তা আকাশবানী ইম্ফালগী খুঙ্গংগী থৌরমদা অইবীসিগী ইমা পঙলুরে হায়বা য়াইফ-যুম্বালগা মরী লৈনবা মিনট ৩০ গী লীলা অমসু ইং ২০০৮ দা অহানবা ওইনা শন্দোকখি।

সনাহনবী চীংঙারেলদি শৈরেং অমদি লীলাদা কথোক্লবী অইবীনি ফেমিনিষ্ট অমনি। অইবীগী পুক্নিদা থেংনখিবা থৌদোকশিং, থম্মোয়দা ফাওখিবা মতম মতমগী ওইবা ৱাখল ঈহুলশিং অদুনা ঈথিল পীদুনা শাগৎখিবা সহিত্য কলাগী খুদোলনি। ওরিজিনেলিটি ওই। খুদমদি অইবীগী শৈরেংশিং 'লাইদগী নোংমৈনা ঙম্মী' 'লীচৈ', 'ইচাগী থৱায়গী মমল', অমদি 'বন্দ তৌদবা য়াদে', নচিংবা পনবয়াই।

খুদম : (১)

লাইদগী নোংমৈনা ঙম্মী
ঙম্মী ঙম্মী নোংমৈতনা
লৈতে ঙমদবা নোংমৈনা
পুম্নমক্কগী অঙম্বদি নোংমৈনি।

খুদম : (২)

লাইদগী নোংমৈনা ঙম্মী
ইচাগী থৱায়গী মমল
শেলনা মহুৎ শিল্লবা
ইমা য়ানিংদে পামদে...

*ইচাগী থৱায়গা মান্নবা*

*থৱায় কয়া কয়া*

মফম খঙদনা মাংখি

(ইচাগী থৱায়গী মমল)

খুদম (৩)

বন্দ তৌদবা য়াদে
বন্দ তৌদ্রগদি ফংলোয়
ফংলোয় ঐখোয়গী দাবি
( বন্দ তৌদবা য়াদে)

অইবীগী থম্মোয়গী ওইবা মপুক্লিংদা ফাওরকপা ৱাখলসু উবা ফংই। মসিদা থম্মোয়গী অশেংবা মপাউবু তাবা ফংই। মসিগা লোয়ননা আইবীগী অপাম পামদা হৌজিক্কী অমদি তুংগী ৱাখল মীৎয়েংসু উৎনবা লাক্লে। 'অনৌবা চহীনা লাকপসিদা' হায়বা শৈরেংদা অইবীনা হায়রি

অনৌবা চহিনা লাকপসিদা
মোমোন মীনোক তল্লসি
নুংশিগী মিৎয়েং য়েংনা
হরাও তয়াম্লা লৈমিন্নরসি,...
অনৌবা চহিনা লাকপসিদা
নুংশিননা হিংমিন্নরগে ঐখোয়।

অইবী-নুপীনি অদুনা নুপীগী খোঞ্জেলসু তাদবা নত্তে। নুপীগী চরিত্র স্নেকপদা নুপীগী মুর্তি অমা শাগৎপদা রিয়েলিটিগা লোয়নবা ইলেক্ট্রিফাইদ সেন্সিবিলিটি অদু য়াওরি। 'নুপীনা ঙমদবা লৈতে' হায়বা শৈরেংসিদা ঐখোয়না থেংনরি।

খুদম :

নুপীনা ঙমদবা লৈতে
লৈতে ঙমদবা নুপীনা
পুম্নমক্কী হৌরকফম নুপীদগীনি
পুম্নমক্কী মরুসু নুপীনি ...
নুপী য়াওদবা লৈতে

হায়নিংবদি য়ার্মই। শুপচিন্না হায়জরবদা সনাহনবী চীংঙারেলগী শৈরেং পুন্নমক চম্না ফজে। লোৎশিন্নবা হোৎনদে। হায়নিংবদু মনিং তম্না হায়বা ঙমই। লোন্দা পুদা অসিসু মীচমগীনি। অনৌবা খূৎই অমখক্তংদি চাংয়েং ওইনা শিজিন্নরি ষ্ট্রীম ওফ কন্সসনেস টেক্নিক। অকক্নবা শৈরেং খরদা কোয়া, ফেমিলন, দ্যাসনচিংবা য়াওহন্দবা অয়োইবদা চৈথৈ পীদুনা লোইশিনবা অসিনা ষ্ট্রীম ওভ কন্সসনেস টেক্নিক অসি শিজিন্নবদা (চাংয়েং ওইরবসু) মাই পাক্লে হায়নিংই। খুদম ওইনা 'শেংদোকচবা' 'শক্লি তেংথা ঈশৈ' 'হে তাইবঙ মী' অমদি ঐবু খামগনু অখাম্বা' নচিংবদা টেক্নিক অসিগী মমি তারি। ইমেজরি, মেটাদর, সিমিলি অমদি সিম্বোলনচিংবা মতাং চানা, মফম চানা শিজিন্নবা থেংনৈ। শৈরেং লাইবিক অসি মীয়ামগী নৈনবা য়ারবা কলাগী পোখোক অমদি ওইরে হায়নিংই। মখা তানা ইবিরকখো হায়জরি।

মঙ্গলশিবার্দ পীজরি।

শিংজমৈ, ইম্ফাল
নোংমাইজিং, মার্চ ১০, ২০১৩

ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্বা
দি এম কলেজ (আর্টস) ইম্ফাল।

# থম্মোয়গী ৱারোল খরদং

ইরমদমশীগী শক্লাইরবা অইবা-অইবী পুন্নমকপু ইকায খুম্নবা উৎচরি।

ঐগী ৱারোল হায়বাবু তশেংনা ঐ করিম খঙজদে ইজরীবা শৈরেংগী ময়েকশিংশিদা অসোয়-অঙম কয়া য়াওরবাসু অইবা-অইবী অমা ওইনা অশোয়-অঙমবু তাকপীয়ু চুমথোকচনবা হোৎনজগে।

য়াদবা ময়েক্তা য়াই হায়বাসু হায়বীগানু অয়াবাবু য়াই। য়াদবাবু য়াদে হায়বীয়ু অইবা পুন্নমক্তগি ঐগী অইবা ময়েক্কনা ফজদ্রবা নাত্তে কয়া চাদ্রবোয়তা খনজৈ।

অশোয়বা কয়া য়াওরবসু ঙাকপীগনি।

**অইবী**

# মনুংগী লমায়শিংদা

# অনৌবা চহিনা লাকপসিদ

অনৌবা চহিনা লাকপসিদা
মোমোন মীনোক তল্লসি
নুংশিগী মিংয়েং য়েংনা
হরাও তয়াম্না লৈমিন্নরসি,
হৌখিবনা হৌখ্রবা ওইদুনা
লোয়খ্রসনু অদুগৈগী থৌদোক
হল্লক্কবা ওইরসনু ইরমদমসিদা
তমখিবা থোকহল্লিংদবা থৌদোক
ৱাহৈ নত্তে মিকুপসিগী
লাক্কনু অমুক হন্না
ঈংনা চীক্লা লৈজগে
নুংশি চান্নবা লৈতনা,
পীরাং পীফমসু নায়নিংদে
মীকপ মীরাওখোলসু তাঙম্দে
উনিংদে অকিবগী মশক
য়েংঙম্দে তম্থিরবা অদুগুম্বা
উনিংদ, তানিংদ, য়েংনিংদ
হৈনদ তুগৎচবা নঙ
তুং ইল্লক্কনু য়াওরক্কনু
অনৌবা চহিনা লাকপদা
খুহল্লক্কনু অমুবা মৈখু
খাংঙমদে মীওইবা ঐখোয়
অনৌবা চহিনা লাকপসিদা
নুংশিননা হিংমিন্নরগে ঐখোয়।

# ইমা

কৈথেল ফম্বী ইমা
নুংশিদকো ইমা লাইরবি
অঙাম্বা অকনবনদি নুংশিবীদ্রবা
তুশোল্লবনদি য়েংঙমদেদকো ইমা
নুমিদাংগী চরাবু পুগদ্রা
হয়েং অয়ুক্কিবু ৱাগদ্রা
চখায়বা লংখায়বা লাক্লিবা
অকনবগী মাংদবু ইমানা
তুশোন্না চেন্নবাবু হোৎনগদ্রা
শেন্দোয় চাবা কনাগী
শেনবিগী শেন্দোয়বু হুনগদ্রা
নচা নশুশিংগী অৱাৎপা
পুম্নমকপু পীনবা হোৎনগদ্রা
পৈশা পীরগদি য়াই
য়াদবা লৈতে খঙবনা
পোৎফম ফম্লবা পৈশা
পীরিবদায়দো তোয়না তোয়না
অকনবগী শারুকসু য়াওরি
পাঙ্গল শোনবি ইমানা
কৈথেল পোৎ য়োল্লিবা
নুংশিদকো ইমা লাইরবি।

# ঐবু ঙাওই হায়বা

ঐবু ঙাওই হায়বা
হায়জৌ হায়জৌ হায়জৌদা
ঙাওই হায়বিরকপা খুদিংগী
ঙাওবসু অসুম হেনগৎচরকখিগে,
অঙাওবা ঐগী পামজবা
সেংলবা ঐগী অশেংবদি
ঙাওদবা নঙ খঙলবরা
হায়রগে মুন্না তারোকো
মীগী মপোৎ পামজদে
ঐগী লৈজবতনা মহেনজৈদো
সেগায়রবা ইনফি অমনবা
শান্নি খঞ্জরগা ইনজৈদো
মীনা তুগৎচনা হঙগোয়নরবা
চদা থক্তবনা খৌগংনরবদ
ইয়াদ হুক্কদববু পীজথোকইদো
মদুতবুসু ঙাওই হায়বি,
অঙাওবা অঙাওবী কয়া
থেংনরুবা মফম খুদিংদ
ঙমজবমতংদি লৈদুনা পীজরম্মী
পীজরম্বা ঐবু নোক্লবি
মীওই কয়ানা হঙলকখি
নঙগী মরি মতারা
খুল্লম্মী, ঐসু চুম্না
অরাম খৌরাংলমগনি পীজবনি

মীনুংশি চেন্দ্রবা তাইবংপান্সিদ
মীনুংশি খজিক্তং খণ্ডজরুবা
মীনুংশি চেনবা অঙাওবা
হেক্তা হায়বি ঙাওই।

# লাইদগীসু নোংমৈনা ঙম্মী

লাইদগীসু নোংমৈনা ঙম্মী
ঙম্মী ঙম্মী নোংমৈতনা
লৈতে ঙমদবা নোংমৈনা
পুন্নমক্তগী অঙম্বদি নোংমৈনি।
কাপ্পসু হৈরুদবা নোংমৈ
উরুবতদা কপ্লাপ নিক্লিবনি,
করিগা অমুক চাংদন্নরুগনি
ভুৎ প্রেৎকা অরাইবনি
ধুক মনম তাবদ
লাই ফত্তবনা চেনখিবগুম
নোংমৈ মখোল তাবদা
অফবা লাইসু লোৎখ্রে
হিয়াং হিরেন তান্নবগুম
মীকোক থোংননবা তান্নবদা
কন্না চেনখৎচরকপা কনা
নোংমৈ মখোলদা খঙখ্রে
অপংবসু অকিবনা ওইহৌরে
মাংজবসু অকিবতনা মাংজহৌরে
মাং-তুং মখোল কিরিঙৈ
কিদবনা মপোৎ মুনবিখ্রে।
থম্মোয় শেংলিবনি হায়দুনা
পুকচেল চাওবা পুকচেল চাওবা
থম্মোয় শেংবা য়াদ্রবনি
পুকফবগী শরুক থুংবিদবনি

নঙনা ভোটকা লেপ্লবদি
মীথিদ অদুম লৈহৌগনি
কাবা পাম্মী কাগেগনা
হৈশিংবগী মতৌ তমজহৌ।

## শেংদোকচবা

শেংদোকচবা হায়দুনা শেংদোকচরি
অসোয় অঙাম্বু ঙাকপিগনি
ঐনা খরচ লৌবা
মীনা লৌনবগী লৌবনি
করিগুম্বা অমা তান্নবদা
খরচ খরা লৌহৌদ্রবদি
অউবনা নোক্লখিনি ইকায়বদগী
লৌজবনি ঐসু মতৌতম্বনি
মথং-মথং মতৌ তম্নরক্কুনা
হৈনবী অমা ওইনরক্নি
মতৌ তম্বা হৈনদ্রবা
হৈনদ্রবা মহাক্তু মাংজরবনি
ঐমা উন্নবা লাকপদ
ঐবু ঙাইহিরিবগী অঙায়মন
ঙায়রিবদুদ ঐনা পীরোই
ঙায়জরিবদুনা অঙম্বা কৎকদবনি
মতাং-মতাংগী ওইবা
মরম মরমগী তুংইন্না
পৈশা য়াওদ্রদি য়াঙমজদে
লোয়নমক্লা লৌনরিবা ঙাক্তনি
পীবা ঙমদবগী লৌহৌদ্রবা
পীঙমজদবদুনদি হায়নিংঙায় লৈতনা হরাওজৈ
নীপাসিদি অশেংবা তৌই
অচুম্বা চৎপা নীপানি

নৈতবগী অম্বাবা উদবা
অচাওরম পাম্বশিংনদি নোক্রবি
পীরমদবগা লৌহৌদবগা অনিমক্তা
শেংদোকচবা হায়দুনা শেংদোকচরি।

# লীচৈ

লীচৈ, লীচৈ, লীচৈ
হে, লীচৈ থোরাইমচা
হাকসু হাকমনখ্রে নঙসে
কৈদৌবা লাকইনো নঙবু
শারবা কালেনগী নুংশাদ
লম্বীগী চীদায়দ ফল্লিবসে
নুঙায়দুনা ফম্বা নত্তে
হিংননবগী ফল্লিবনি হিংননবা
ইঙাগী নোংজু মরক্তা
লৈখোম লৈনাংতনা শলাকশা
লৈনাং মরক্তা পোৎয়োল্লিবসে
ইচাশিংগী মবুক থন্ননবগীনি
মাংলোমদগী লাকপদসু লীচৈ
তুংলোমদগী হল্লকপদসু লীচৈ
লীচৈ নঙনা উবিদেদকো
লৈতা লাইরবগী অব্রাবসে
পোৎয়োনবী নঙগী ব্রাকৎ
ঐখোয়না ঙমজবা নত্তে
ইথৌনি ঐখোয়গীদি ইথৌ
নখোয়বু তানগায়বা হায়বসে
নখোয়গী নথৌসিদি থাগৎনিঙায়নি
পৈশা পীরগদি ময়াবা,
পীদ্রগদি হেক্তা ময়াদবা
নখোয় খ্বায়গীদমক তারেনে

কান্নদে লীচৈ শাওগনু
নখোয়বু থারক্কিবদুদা হায়রুচো,
অঙম্বনা ফননবা শিনবিয়ু
লীচৈ ঐখোয় ঝাদনবা।

# তেনৱানা হৱাওই

লোম নোম শগায় তোও
হৈনৌনা মুল্লগা তেনৱানা হৱাওই,
জংগলগী শানা নোম্লকই উশাশিং
হৈনৌ অমুনবা লৈমায়দা তাই
ফি শেত্তবা জঙ্গলগী শাহিংচাবনা
নোংমগী চরা তাল্লকপা তাইবং মী
লোকখাদ ইস্থদুনা মীহাৎ থিনা হাত্তোকই
মরোল লোনবা তেনৱানা হৱাওই
শাহিংচাবনা মথং মথং হাৎলকপদা
অকি তুজুং পোল্লবা তাইবংমীনা
ইতেংমতং পাংবিয়ু হায়জৈ তেনৱাদ
তাইবংমীদুনা হায়বা লোল ফাওনদে,
জঙ্গলগী শাহিংচাবগদি লোল ফাওনৈ
হায়নবা য়ান্নে তাক্লবা লৌনৈ
তাইবংমী মশিং থিওমদনা হাৎপদা
তেনৱানা হৱাওদুনা মশা খপ্পি
অদুবু তেনৱা মণ্ডোন্দা মপুনা
তাইবংমী হাৎপা য়েংশু হায়খিদে
অওম্বা মতেং পাংদুনা ময়ামগীদমক
অপুম্ববু ঙাক্লুচো হায়দুনা শিন্নখি
অফবা তেনৱা মতমপুম্বদা ওইদ্রে
মাবু লোয়দুনা মচিঞ্জাক থাক্লিবা
মপুবু ৱাহনবা তেনৱা ওইরে
হায়বনমা, তৌবনমা, শিন্নখিবনমা
তৌথোরকপনমা

তাইবংমী শাওরে, তেনৌৱা মপু
থম্লগনু নঙগী ফত্তবা তেনৌৱা
থাক্লনু (মচিঞ্জাক) মথীবোং মীহাৎপা হেনগৎলক্লে
মৈজাও থাদুনা হাৎত্রিঙৈ পায়হনব্রো।

## ইচাগী থব্রায়গী মমল

ইচাগী থব্রায়গী মমল
শেলনা মহুৎ শিল্লবা
ইমা য়ানিংদে পামদে
ইমা য়ানিংদে পামদে
ইচাদী চরাতানবা চৎখিবনি
হুমাং মমলনা ইমাগীদমক
ইচাবু ইচা ওইনা উফংজগে
ইথানুংদা চেৎনা কোনফংজগে
ইচা নত্তে সিদি
চেগী পৈশানী পৈশা
পৈশা নঙনা লৈফংগদ্র
ইচাগী নুংশিরবা থব্রাযবু
ইচাগী থব্রায়গা মান্নবা
থব্রায় কয়া কয়া
মফম খঙদনা মাংখি
মশিং থিঙমদনা লমদমসিদগী
নোংমা কাংদনা অদুম্মক
লেপ্তুনা থোক্লকখিগদবা ওইরক্লগদি
মমা ওইবী ঐখোয়সু
করিগী তুমিন্না লৈথোক্লুগনি
কোক্তা কোকসেৎ সেৎ
খ্বাংদ খাঙচেৎ লাক
অঙাংবা মৈবুল পায়দুনা
জঙ্গলগী শাহিংচাববু তানগায়রক্লনি।

# চিঠিসিমতং থাখিবনি ইবুংদ

চিঠিসিমতং থাখিবনি ইবুংদা
খরা থেংনদি ফংলম্লগনি
নুমিৎ নিনিগী অথিংবনে
জেনরেল স্ট্রাইকি খুদোংচাদবনে
হায়নিংবা ৱাবুদি য়াম্মি
পংহায়দসু হায়নিংদ্রে মতমসিদ
চীংমী তম্মীগী নুংশিনবা
অচেৎপা মরিবু কাওথোকপিখিনুকো
চীংদগী তম্পাক্তা কুমথরকপদা
চীংদগী উহৈ-ৱাহৈ পুবিরকখিবা
তম্পাক্তগী চীংদা কাখিবদা
তম্পাক্কী মনা-মশিং তমজখিবা
ইমা অমত্তগী মচাগুম
হরাও-হরাও নোকমিন্না
নুংশি চান্নবা মরুপ শান্নরকখিবা
কাওয়াদেকো চীংগী ইবুং
নথৌ-ইথৌ চীন্নবনা
তোয়না তোয়নসু উন্নগুমনদ্রে
ৱারৌ পুরৌনবা য়াদেকো
চীংমীশিংবু মতম পুম্বদ নুংশিরী
তম্মীশিংনা চীংমীশিংবু নুংশিবগুম
চীংমীশিংনসু তম্মীশিংবু নুংশিয়ু
লৈকোলগী লৈরাং লৈখলসুবগুম
লৈখলসুনা শাৎমিন্নসি লৈকোলমতংদা

নুমিৎ থা থম্বাল্মিচাক্লা
য়েংবদা পুক্লিং হুহনসি
লম্বীমতংদ পুন্না চৎমিন্নদুনা
পুন্সিগী ফিরেল্লুসু তানমিন্নসি।

# লোয়নাইদ্রবা লান্নি থেংনরিবা

লোয়নাইদ্রবা লান্নি
মীওইবা ঐখোয়না থেংনরিবা
অমা লোয়রগা অমা
অমা লোয়দ্রিতৈ অমা
কনখ্রবা লান্নি
অরাইবা লান নত্তে
অচম্বসু ওইদে লানশিংসে
পুন্সিগী খোঙচত্তা থেংনরিবা
লৈতা লাইরাগীসু লান্নি
চরা তান চৎপগীসু লানফমদনি
হিদাক লৈনবা লৈতবদগী
অনাবা শিখিবসু লানফমদনি
লান লেপ্পা য়াদে
পুয়াদ ইদুনা থনম্বরা
খঙদে মীওইবা ঐখোয়সু
হিংননবগী লানফমদা ব্বারে
হিংবগী অচৌবা লানফমদ
লানফম মশিং হেনগৎলক্লি
হাৎনবা সুনবগী লানচোয়না
ফুদিত্তা মাংজোং চোংশিল্লক্লি
মচোয় মচোয় তাননবা
অদুক কন্না হোৎনরকপা
মদুগী কান্নবনা করি
নথন্তা নুঙায়নবগী মচাক্লা

অমুক্তা মুন্না খঙ্খৈনে
ঝামিন্নববু পাম্বরা?
ঐখোয়দি নুংশি চান্নবা
অমত্তা ওইনা পুন্সিনননিংঙি।

## ব্রাখল চোয়রবি মহাকসে

ব্রাখল চোয়রবি মহাকসে
করম্না ফিবমসি ওইরকখিবনো
মহৌশাদি অসুম্না ওইরকখিদে
মুরুম মুরুমসু শোল্লমদবনি
ও, নিংশিংলক্নে নিংশিংলক্নে
মতম খরগী মমাংদ
থোকখি থৌদোক অমা
মাগী ইমুংগী থৌদোক'মা
য়াম্না নুঙায়খিদ্রবা থৌদোক্নি
থম্মোয় কায়নখি মীয়ামসু
লাইবক থিরবা থৌদোক্নবু
খা চীক্নুনা খাঙনখি
তশেংবদি থোকখ্রিবা থৌদোক্নু
লাইবক্তা তম্লম্ব'মদি নত্তে
মীনুংশি চেন্দবা মীওইনা
থোকহনখিবা তমথিরবা থৌদোক্নি
লৈতা লাইরা তানচৎপা
থৌদোক্নুদা মাগী মচা
শাহিংচাবগী খুৎ চনখি
খাঙুথক্তা পুক্সি পীখম্নখি
য়ুমদগী মমাগী মতম্বাক্তগী
অতেক অকায় য়াওদনা চৎপ্রগা
মচেৎ তানা চোয়জায়না
হল্লকপদুদা ফিভমসি ওইখিবনি

অশিবতা নত্তনা হিংহৌরিবসু
অন্নাবদা অন্নাবা, পীবদি
মেংঙমদেনে শীতইবা ঐখোয়না
থৌদোকসিগুম্বা অমুক থোকহল্লনু।

# শক্তি তেংথা ঈশৈ

শক্তি তেংথা ঈশৈ
কনাগুম্বী অমনা
শুরদি য়াওদে
ময়েক্তমক ঙংজবনি
শুর য়াওবা ঈশৈতনসু
হেন্দে ফজবা হেন্দে
শুর য়াওদবা ঈশৈসু
তাবদা থম্মোয় কায়
নোংমখক্তা ওইরবসু ওইদে
নুমিৎ খুদিংগীনি শক্তিবা
শুর য়াওদ্রবা ঈশৈ
তাবা ঙম্লক্তে লেপ্লক্তবদা
করিগীদমক য়াওদ্রিবা শুরনো
মরক থৎনা হঙই
পাউখুম পীরক্তে মহাক্তুনা
নখোয় খঙহৌদবরা হংলকই
কনাগুম্বী মহাক অদুগী
ঈশৈগী থবায় শুর
মনাক্তগী লাপ্লা চৎখ্রে
মাংখ্রে শুর হায়রকখি
করম্না মাংখিবা শুরনো
খঙহৌদ্রবনা হঙই কনাগুম্বিদুদ
অমম্বা মপৈ অমনা
কুপসিন্দুনা মাংহনবিখিবনি খুম্লকই

কয়াদ ফত্ত্রিবা অমম্বা
তমথিখ্রেদ অমম্বা নওসে
ঈশৈগা শুরগা লাপ্লহন্দুনা
থর্বায়গা হকচাংগা কায়নহল্লি।

# পৈশানা মাং থা

পৈশানা মাং থা
সঙ্গনা তুং থং
সঙ্গনা মাং থা
পৈশানা তুং থং
কয়াদ নক্করিবা অনিসে
লাপ্পবা য়াদ্রবা মরিনি
খজিক্তং লাপ্পরবা লীজেক
হেন্না লাপ্পরবা ওইদ্রে
খ্বায়দগী হেন্না ফবা
পৈশা য়াম্না পায়বা
পৈশানা মাং থারিংখৈ
থবক্তা খুদি থিদে
সঙ্গনা মাং থাবনা
পৈশা তিংঙমদায়গী য়াকাইরোননি
সঙ্গা লৈত্রবসু অৱাবমনি
য়কাইরৈমদায়গী লাইরোন খঙঙমদে
মখলবুদি য়াম্না য়াম্মী
সঙ্গসু মখল য়াম্মি
থম্মোয় শেংবা সঙ্গ
তশেংনা নুংশিবীবা মরুপ
মরুপ্তি মরুপ ওইবা
চংমিন্নসি য়াগন্দবা মরুপ
মথন্তা চংকেদ হায়বা
মথন্তা চংলুবগী পাউদম্বা

উন্নরকপ্র হওই, লৈরমদে
য়ান্নরক্লবরা হওই, হোয়
থবক্তি মশক উদে
সি ঙাক্তনি তাইবংসিদ।

## কুইরে মপাও তাখিদবা

কুইরে মপাও তাখিদবা
মফম কদায়দবু লৈরিগবা
নওনা লাকপা সংদ্রবসু
নপাউদুদি তাহল্লকউ নোংমতসু
চৎলগে খন্না চৎশ্রবা
নওগী থাখলনা তোঙানবনি
চৎশ্রবা নওগীদমক্তা থাই
থারুরগনু হায়বসু য়াদে
থাখলবু হেন্না থাহল্লিবসু
মতমসিগী মীশিংসিননি মীশিংসিনা
নোংমা কাংদনা থোক্লিবা
থৌদোক থাথোক থৌদোকশিংসিনা
হাৎনা সুনবা মরকসিদ
নওগী ফিভম্না করম
লৈতাফম্বু খওলিবরা নওবু
তুমসিৎ ফানবু তুমওল্লিবরা
খওহৌদনা বোম'মা পোখায়রক্পদা
মীওই কয়া'মা শি
খরা অমনা অরুবা ফিভমদা
লাইকৎনরি হায়বা তাই
খবরদসু হঞ্জিন্না য়েঙই
কলম খুদিংদ য়াওদে
মশক লৌফম খওদ্রবা
অশিবশিংদুগী মনুংদা নওসু

অদুবু থোয়দোক্লা চিংনদে
নওদী হিংলমথিগদ্র খল্লি
অইবা ৱারোলশিংসি থেংনরবদি
অৱাবসে কোক্লনবা লাকউকো।

# লাপ্পা চৎখ্রগনু

লাপ্পা চৎখ্রগনু মফম অমদা
থিরুবগনু উশায় হিংনবগী উপায়
লৈত লাইরা তানবা চৎপদা
মীওইবা কয়া অমা শিগ্রে
মতাং মতম্মা য়ারক্তদুনা শিরবসু
মীওইবা ঐখোয়গীদি শিরবদি লোয়রে
অমুক লাক্লরোই অমুক উফংলরোই
থম্মোয় কায়না পিরাং শিন্থনরিবনি
অবাবা কোক্লনবা লৈতববু লৈননবা
লৈত লাইরা তানবা চৎখিবদা
অবাবদা অবাবা, খাওঙমদ্রবা মীনৈ
থবায় য়াওদ্রবা অশিবা হকচাং
হৌদোকপদা তাদ্রবা, মিৎ পাংদ্রবা
কৌবদা খুম্নলকখিদ্রবা অকিবগী মশক
ফিভমদুগুম্বা উজনিংদে, ঐ য়েংজনিংদে
খল্লু খল্লুবদা ঐ কিরে
অত্তৌবা ইনফিগী ফিজং মথক্তা
অঙাংবা মচুনা পুংতৈ তৈ
মচেৎ তারবা মীওইবগী মুর্ত্তি
খোমজিন্দুনা সেমজিল্লগা, কুপসিন্দুনা পুরকখিবা
ঐ কাওদ্রি নিংশিংলি পুম্বদো
মীওইবগী হকচাংগী পাঙ্গ শোন্থা
অপুম্বগী মিৎলুদগী সিম্থরকখিবা পিরাংনা
লৈমায় সিন থুংনা চোৎখিবা কাওঙমদে

মলেমসে মচেং মচেং চোংসিল্লক্তুনা
নোংমদি অঙাংবা মচুনা কুপখিদুনা
মালেম নৈমায়সে অঙাংবা ওনস্রগদ্র
চিংনবনা হেঞ্জিল্লক্তুনা মীপায়বা পোক্লে।

## চিঠিদুগী পাউখুম্নি শাওগনু

চিঠিদুগী পাউখুম্নি শাউগনু
ঐ লাকপদি লাক্লিংবনি
অদুবু য়াম্না চিল্লে
থবক্কী থবক ঙাক্তা
মীচম অমা শিবগী
শিরিবা মীশিদু য়ানিংদে
য়ানিংদবা উত্তুনা ময়াম
ময়ামদুদ ঐসু য়াওরি
মশিং থিঙমদ্রবা ডরনা
ডরনা খুদিংদা ফল্লি
ময়ামগীনি য়াওদা য়াদবনি
ইশানা খঙনা য়াওরি
নুমিৎ খুদিং কৈথেল চৎপদা
য়েংসিনবা ঙমহৌদ্রবা ঐগী
ইখোলদা তারিবা তিং-কাং
অমুক্তা হিংদাক কাপথোক্লিংবনি
জেনরেল ষ্ট্রাইক ওইবগা
ডরনাগী মীফম তোয়বগা, ঙমদ্রে
থওইনা নোংমা লেপথোকপসু
নোংমগী পোৎসিৎ পাম্মুইদো
নোংমগী হোৎনা হোৎননা
লাকপগা চৎখিবনা হেল্লবসিদ
নিনি ফানা জেনরেল ষ্ট্রাইক
সলোনসেনগা লোয়না চাথোকখ্রে

ঐ উপায়মা লৈত্রে
বন্দ জেনরেল ষ্ট্রাইক
মনিংলোমদা লোয়না চংগ্রকান্দা
নোংমা গ্যাস্তানা লাক্লগে।

## য়ুম পাল্লুদুনা কৈদৌরুদোয়নো

য়ুম পাল্লুদুনা কৈদৌরুদোয়নো
ৱাখল মথা শানিঙায়নি
অমস্বা পুন্সিগী লম্বীসিদ
খুরৌ থাংনবনি কাম্নদে
ইথক্তগী অৱা পোৎলুম
ইথক্তা পুবা ঙমদ্রিবসিদ
নুপী অঙাং য়াওসিল্লকপগী
অহেনবা পোৎলুম ঐ
মহৌশা লাইরেম্বীনা থারম্বা
অশং অমান কয়া
মমিং খঙদবা পাম্বী
মশুক্তমক খঙবা পাম্বী
অয়াম্বা লোয়না মুৎশিল্লক্লে
কয়া উখিদ্রে পাম্বিশিং
চেকপলনা মহুৎ শিন্দুনা
অকোয়বদসু শম্বল শেম্নদ্রে
উপায় লৈত্রবা ঐগীদি
থীরৈনা শম্বল ওইরি
য়েনখাদা লৈবাক উনদ্রবা
পলষ্টরনা লৈবাক ওইরবদা
পংফুক্তা ফুক্তৎপা নাপীশিং
পংশান্দা সানতৎপা উশাশিং
নোংম-নোংমগী ফুক্তৎলকপদা
য়াওখিগদৌরবা নাপী অমা

খঙবা তম্মা ঙমদে
নাপীশিংগী মনুংদা অমগুম্বনি
মৈনা চাক্তারিবা অশংবা
নোংলৈদ য়াওখিদ্রিবা উশাশিং।

## অকোনবগী য়ুহারহাবা মাসু ব্রাংলিবরা

অকোনবগী য়ুহারহাবা মাসু ব্রাংলিবরা
মায়গৈ অনিদী সুরে
হারিবা য়ুহার অসি
মায়গৈ অনিদি হাদ্রি
ব্রাংহৌরিবা মায়গৈ অনিসি
অমুক হারকপা তারবদি
করম অমুক থোকঅগবা
লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক
উজাউ উরেন্দী তুগন্দে
উশাশিংদি মশা তেকই
মশা তেকপদসু নত্তনা
লৈমায়দ তুথখিবা কয়ানি
মালেম ইমা লৈমদি
জুহারদুদা নিংখায়বদি নিংখায়খিদে
মালেম খরা চেংখায়খি
অকনবা জুহার শাফুদা
উপাল উশাশিংনা লৈমায়দ
হৌগৎপা ঙমদনা তুমখিবদ
তুমথহৌদ্রবা উপালশিংনা খুইথদুনা
নুঙায়তববু ময়েক শেংনা উৎলি
য়েন্নীং হুল্লকপদ ঙায়রিবা
হায় হুম্না হৌঙমজদ্রিবা
নৌরিবা অপিকপা য়েন্নীংসু
নুঙায়তবদি মখোয়দসু ফাওই

উপাল বাপালশিংনা হায়রি
কয়ারক হারকখিদবা বাংলিবগে
হৈপাম্লিবা লৈশাংলিবশিংনা খুম্লকই
সুংদায় নিপালদ জুহার হারক্নো।

# নুপীনা ঙমদবা লৈতে

নুপীনা ঙমদবা লৈতে
লৈতে ঙমদবা নুপীনা
পুম্নমক্কী হৌরকফম নুপীদগীনি
পুম্নমক্কী মরুসু নুপীনি
হৌরকফম্নি হায়ববু য়ানিংদ্রবরা
মরুবু মরুনি লাল্লবরনে
নুপী য়াওদবা লৈতে
লাম্হেংনবা লানফম খুদিংদ
নুপাখক্তনা লানঙম্বা য়াওখ্রবরা
নুপানা লানমাং থাখ্রবরা
লানমাংসু নুপীতনা থাবনি
লাল্লোয়সিনবসু নুপীতনা লোয়সিনবনি
মালেমগী মফম খুদিংদা
নুপানা ইহৌ হৌরক্লবসু
মালেমগী নুপী কয়ানা
ইহৌবু নমথবা ঙম্মী
মচাবু অফবমা ওইহনবদা
মমাগী অচৌবা থৌদাংনী
মচা, মমানা পোক্লিবনি
মমাগী মখাদ মচানী
অদুবু মমাখক্তদসু তায়নয়াদে
ফররোইনা ফত্ত্রবসু কয়ানি
ঙাক সেনবা কল্লগদি
অমাং মচামদি ওইদে

নুপীনা ঙমদবা লৈতে
লৈতে ঙমদবা নুপীনা
পুম্নমক্কী হৌরকফম নুপীদগীনি
পুম্নমক্কী মরুসু নুপীনি।

# কপকনু তানিংদে ইকায়ঙ্গে

কপকনু তানিংদে ইকায়ঙ্গে
মীকপ মীরাওখোল তানিংদে
অহিং তুম্বা য়াদে
মীকপ থোরকপদা খঙই
চাওরক শাংলক্লে হায়দুনা
পীয়ু হায়রিংখৈ পীবা
সে-সে পীবা
মরম করিগীনো হঙদবা
অউবনা হায়বি তম্বীরকপা
ননা তানিংনা তাখিদবা
পাল্লিবা নাদুনা তারম্লবা
ফিভম অসিদা য়ৌশিল্লম্লোয়
চাগনু হায়বমগী মাংদা
চানিংবা চিঞ্জাকপু চাগদ্র
মীমাংদা চাবা য়াদববু
মীমাংদা ফোংনা চানব'রা
অরোনবা অমাং চিঞ্জাক্তি
লোম্না চানবা ঙাক্তনি,
খঙদবা কয়াবু খঙলগেদি
লৌরিবা শেন্দুদা খঙগদবনি
অমাংবা অখত্তং মাংলোহি
অমাংবদুনা ময়াম্না মাংহল্লিবনি
হৌজিক্তি থবায় য়াওদ্রবনিনা
সেন লৌবসু লেপগ্রে

পীগদবা য়াংহৌবালৈরবদি
হিংকংহনবা য়াবরা য়েংঙু
কৌদুনা য়েংঙু হৌগংলকপ্রা
কপকনু তানিংদে ইকায়ঞ্জে।

## জ্ঞান তারকপা মিকুপ্তা

জ্ঞান তারকপা মিকুপ্তা
করিগুম্বী অমত্তা লৈরমদ্রবনিনা
নমিৎ ননা তনদনপায়
নশাদু ইপায় হৌরিনিনে
　　ইপায় হৌবা হৌরবদি
　　পাক্লা ফররোইদবনি খঙঙু
　　তোয়না তোয়না হৌরক্লদবনি
　　অহৌবা নাইরদবা ইপায়নি
কুফেৎ কাফেৎ চৎকনু
ইংনা তপ্পা পোত্থাও
অনৌবা ৱাখলমা খল্লু
মাংখিবা ময়ামদু কমদৌসিগে
　　হৌখিবনা হৌখ্রবা ওইরসনু
　　মাংখ্রবা পুম্বা নীংশিংলুরনু
　　ইনৌ নৌনা, নৌনা
　　অমুক তানবা হৌরো
অফবা ৱাখলনা মাংথরা
খাঙবা কনবনা পাঙ্গলওই
হোৎনববু কন্না হোৎনরবদি
লাক্ক মাংখ্রবসু করোর
　　অদুবু মাংখ্রবদুদি হঞ্জিল্লক্করোই
　　ৱাখল চিন্তা তৌরগনু
　　হান্না নুঙায়থোকপগী ফলনি
　　ঙসি অৱাকোমদা পুথরিবা

হৈনরকপগী হৈনরকপা হৈনবী
সুবা নোম্বা তল্লগনা
অতনবগী হিদাক লৈতে
লাইরৈবাক্তা চিক্লা পোথারুরো।

## হে তাইবং মী

হে তাইবং মী
হে তাইবং মী
নওসু মীওইবা অমনি
ঐসু নওগুম্বা মীওইবমনি
অদুবু নওনা খারি
খেৎনবগী শম্বল অমা
অদুবু ঐদি পামদে
খেৎনবগী শম্বল খাবসে
পামদবা ঐনা পামদ্রবসু
পাল্লিবা নওনদি পাল্লি
অপাম্ববু থিংজবসু ওমজদে
থম্মোয়নদি য়ানিংদে শম্বলসে
ফজবা ৱাহৈ ভেবারনা
কয়ারক হন্না সিদোকচৈ
নওনা য়াম্না ৱারৌরবনিনা
সিদোক্লরোই খেৎনবগী শম্বলসে
অদুবু ৱাহৈসিমতংদি হায়হৌগে
মতম পুম্বদা কাওবিগনু
হে তাইবং মী
নিংথৌদসু মৈতান ৱাৎপনিকো
ঐনদি শম্বলসিবু লাল্লক্লরোই
কৈদৌনুংদসু শম্বলসে শিররোই
নওনসু শম্বলসে ফাৎলনুকো
করিগুম্বদা নথন্তনা ফাত্তোক্লবদি

অদুবু ঐদি ঝারৌজরোই
ইপা ইপু হাক্তক্তগী
শুমাং পরেং শম্নবা
অমগা অমগা নুংশিনবদুনি।

# ঐবু খামগনুনে অখাম্বা

ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
ঐগী অইবা মীয়ামগীনি
মীয়ামগীনি ঐনা ইজরিবা
অঙৌবা চেনাগী লৈমায়
মালেম ইমাগী তম্পাক্লি
তারিবা কলমগী মুকহি
মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবশিংনি
মীওইবা ওইনা হিংবদা
মমিংখত্তংগী হিংবা য়াদবনা
তান্নবা খন্নমিন্নবা নৈনবা
পুন্নমকসি য়াওদবা য়াদবনি
মীওইবা কয়া কয়াগী
মফম মফমদ চত্তুনা
তান্না খন্নমিন্নবা ঙমদবনা
অইবা ময়েক্লা নৈনমীন্নরিবনি
কায়দবরা হায়নসু খল্লি
লানদবরা হায়নসু লৌই
পীবিগনু ঐবু ইকায়বসু
নোক্লবিগনু তাইবংগী মীনোক্লা
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
তনৌরবা ঐগী খুৎশাদা
হাপ্লিয়ু পাঙ্গলগী থৌনা

ওইবিয়ু অখাম্বনা কলম
ঐবুনা চেনাগী লৈমায়
লেপহনবিগনু ইজরিবা খুৎ
থাঙগৎপিয়ু ব্রাংনা অব্রাংবদা
শোক্থবা লৈতনা ইজগে
খাঙজগে অব্রাবা কয়া
ফংজগে মীয়ামগী সেবা
পুন্নমক ঈশ্বরগী থৌজালদগী
ব্রাখলনা কুপসিল্লক্লবা হকচাংসে
অমুক্তংদি মকালাম্বা ফংজগে
লেপ্পায়দনা ময়েক ইথোকশ্রবতদা
ব্রাখল মাসু লৈতারক্লগনি
ইনাক্তা সুম লৈয়ুদি
য়ারক্তে মাসু লৈয়ু
মীওইবশিংগী মনাক্তা শিস্কুংনা
ময়েক্লা চত্তুনা লৈনিংঙক্লে
অদুবু ময়েকশিংসিনা য়ৌরক্লবদা
মীরাইগনুকো ময়েকপু মীওইবা
লুনা চান্না নুংশিনা
থম্মোয় থম্মোয়নুংদা থম্বিয়ুকো
থম্মোয়নুংদা নুংশিনা থম্বিরবা
অসুম ইরকখিগে খুৎসিনা
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা।

# ইমাবু থোঙদুনা চাথোক্লো

ইমাবু থোঙদুনা চাথোক্লো
মদুতনা নখোয়গী পুক'থল্লনি
ইমানা ঙস্বমহে হোৎনদুনা
ফনা কন্নদি হোৎনবনি
নখোয়বু ৱানা হোৎনদুনা
চাওনবা ইমানা থাক্লকপা
নহে নশিং তমহল্লকপা
পুন্নমক্তুগী মহে অসিরা
চাওখৎপগী মঙালদি উরৈ
ফজবা অখিবসু খঙলে
অফ-ফত্তসু খঙলবনি
তুংগী ফিরেপকিদমক্তদি খস্থদে
নপাঙ্গল শামুমুক চাওরবা
অঙাং নত্তবা নখোয়না
থবক্তা চিলহাও থিদুনা
মতম্বু অরেম্বদা মাংহল্লি
মাংখ্রবা মতম্না হল্লক্রোই
মাংখ্রবদি মাংখিদুনা মাংহৌরবনি
চাদনা হিংবা য়াদবনা
চাদনদি তুম্বা য়ারোইনে
অসোনবী নমা ঐনা
পেরুক কেংঙোয় য়োল্লুববু
হল্লক্লগা চারগনি ঙায়রল্লিবা
নখোয়বু উবদা পেল্লে

নুমিৎ থানা লৈরিংখৈ
সুররোই নোম্নরোইনা সুররোইদবা
নখোয়গী খল্লুবদা ৱারে
ইমাবু থোঙদুনা চাথোক্লো।

## সমাজগী ব্রাংমদা লৈরবি

সমাজগী ব্রাংমদা লৈরবি
নমিৎ অদুনা য়েংলক্কনু
নমিত্তু যাদু য়াওই
নখুৎসু মহৈ হৈ
নওগী যাদুগী মিৎনুংদা
পায়সিল্লুবা তুমিৎ কয়া
সিবরা সিদা ওসিদি
ওন্না থোয়না খাঙলি
মহৈ হৈবী নখুত্তুনা
চেৎনা পায়সিন্দুনা থল্লকখিবা
মণিদু ময়াই চল্লবনিনা
নখুত্তুনা লংথোরক্লে ওসিদি
কান্নদদুনা লংথোরক্লবা মণি
নওগী নফমদা কান্নদ্রবগুম
মফম অতৈদসু কান্নদদুনা
অরেম্বা হায়বদো ওইরে
মণিদুগী হৌরকফম হান্নগী
য়েনখাদুদা তাদুনা লৈরে
মসিতসু নত্তে কয়ানি
অরেম্বদা মাংখ্রবা মণি
সমাজগী ব্রাংমদা লৈরবি
নমিত্তুনা উরু খুদিং
অউ অউবা খুদিং
নওগী মিৎনুংদ পায়সিলহনগনু

নখুত্তুনা লাম লামদুনা
তাপ-তাপ ফাবদো
ঐখোয়গী ইমাংদা তৌগনু
য়েংবদা যাম্না ৱারে।

## নিংথুংদে - নিংথুংদে - নিংথুংদে

নিংথুংদে-নিংথুংদে-নিংথুংদে
থুংননবগী অমা লৈ
করিনো হায়বদা মদুদি
অফবা ৱাখল খনবা
নমা নপা ওইবদা
ঙম্লোইদবা দাবী তৌদবা
দাবী অমা তৌদুনা
ইমুংগী মীয়াম ৱাহন্দবা
খোঙ খুৎ অনি
খুৎ লোনসিন্দুনা লৈবনা
অপাম্বা থবক ফংলোয়
কৈদৌনুংদ অনিংবা থুংলোয়
নঙ অমনা তৌরকপদগী
ইমুংসিগী মীয়ামসু লমদম্নরে
মখোয়সু নঙগুম্না তৌরক্লে
দাবী মখল কয়া
নমা নপা ঐখোয়সু
পীবা ঙমদ্রে ময়ামগী
পীননবসু অমত্তা লৈতে
ঐখোয়বু কৈদৌ হায়বনো
অমগী লোয়সিন্দ্রিবঙদা অমগী
নিংথুংদবগী দাবী ঙাক্তা
ঐখোয় মসেন ৱামিন্নরে
অরাংবা ইমুং'মসু ওইরে

অমুত্তা ইংনা চিক্লা
ব্লাখল নৈতানা নৈসি
থংনবগী মথোল অহুমসে
ঐখোয় অনিদং শাওম'সি।

## মৈতৈ ইতৈ তৈবা

মৈতৈ ইতৈ তৈবা
কয়াদা চুন্নিবা পাউরৌনো
পাউরৌদুমক অচুম্বনি অচুম্বা
থোক্লরে ঙসিদি মদুমক
মৈতৈ চনু অমসু
লৱায়দ শিন্দুর চিংখৎলি
খুবাক খুনম অনিদা
লৈরোং ময়েক্কী মহেন্দি
অপাম্বনি অপাম্বনা ফজবনি
লৈতেংনি কেজবনা পকচৈ
তৌথোরকপা খুদিং মাল্লি
ইমাল ইমালদা মাল্লি
শিংথানিঙায়নি থাগৎনিঙায়নি অথোয়বনি
জাতি কয়াগী শক্লোন
ইমান্দা মালহনবা ঙম্মী
মৈতৈনা তৌথোরকপা খুদিংদা
মতাং মতমগী তুংইন্না
অটিস খুদিংনা মালহনবদি
মানবগীদমক্তা থাগৎনরক্লি মীয়াম্না
মালহন্দবসু য়াদবনি ঙৈহাক্তুগী
থওইনা নুমিৎ খুদিংগী
জাটি কয়াগী মতৌ'তম্বদি
ইকায়নিঙায়গী শক্লোন অমনি
জাতিমতনা মৈতৈগী ইতৌ তমদে

য়াম্না হায়মনবা থোক্লবরনে
করি খল্লিবগেনে মৈতৈ চনু
মীতৌ তম্বদা হেঞ্জিনমনগ্রদুনা
ইশকসে য়াম্না থিজিল্লক্ত্রুনে।

# মাইথিরবা লাম্মী অমা

মাইথিরবা লাম্মী অমা
করম্না ওইরকখিবনো মাইথিবা
মায়থিরক্কনি হায়বা খন্থরুদে
খন্থহৌদবনা ঙসিদি মাইথিরে
অদুবু হায়য়ো হায়বা
করম্না মাইথিরক্লিবনো লাম্মী
ঐনা পব্বার পায়রিঙৈ
ঐনা শক্তি শিজিন্নদুনা
ঐগুম্বা থব্রায় পানবা
মীওইবা কয়া কয়া
তমথিনা ওৎ-নৈদুনা
খাঙঙমদ্রবা চৈরাক পীথি
খাংবা ঙমদ্রবা মীওসবশিং
তত্তনা লাও খোঙলকই
লাম্মী লৈরগনু মফমসিদ
ঐখোয় য়াম্না ব্বারে
মখোয়গী খোলাও তাখিদে
না মেন্দুনা খাঙখি
মদুনসু ওইবা য়ারক্তদুনা
ঐবু তান্নবা হোৎনরকখি
ইশানা ইরাল খঙলবসু
ইথন্তা হল্লকচখিবদি নত্তে
লৈবা য়ারক্তদুনা লৈঙল্লক্তদুনা
তাল্লকখি ঐসে মখোয়না

শা ঙাদা ওৎপফাও
পাপ্পী হায়নবা লৈ
ঐনা মীবু ওৎপগী
মহৈনি ঐনা পোথারিবা।

## অফবা মীশক ওইয়ু

অফবা মীশক ওইয়ু
অফবা ৱাখল খল্লু
নমা নপানা হায়বদা
নখোয় ইনগদবনি ইচাশা
লৈরক খুল্লক্তা ফমদুনা
চহি নৌরিবা নখোয়না
শান্নরোইদবা ৱারি শান্দুনা
অরেম্বদা মতম মাংহনগনু
খরা চাওরবা নয়াম্বা
পারিহলনা নিশা সিজিন্নদুনা
মচি মচিদ উইরি
ফুরি ফুরাং থুং
পারি য়াইমনা চংলি
নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবফাও
নাতৈ চাবা থবক
থবক থিরিবনি হায়দুনা
পারি তোন্না তাল্লি
তাল্লি দাবী কয়া
পীবা ঙম্লরোইদবা দাবী
নঙলবা ইমুং অসিদা
পকই পক্কেসু খঙদা
লেম্মী লেমদে খঙ্গুদা
নমায় অদুবু ইকায়দ্রা
লৈকায় অসিগী মমাংদা

ইচানি হায়দুনসু ইমানা
থাগৎকদবা নত্তে নখোয়বু
জ্ব্যান তাদববু তাই
ফত্তববু ফৈ হায়খোরা
শিগ্রো হায়বদি হায়ঙল্লোয়
নখোয়গুম্বা কয়াসিনা লৈবাকসিদা
করিনো পুরক্কদবা য়াইফবা
ইমা য়াম্না হায়নিংদে।

## অচানবা মনায়

অচানবা মনায়, মনায় অচানবা
চালহল্লু চালহল্লু, য়াননবা চৎলু
ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী সেবানি
নরাইবক ফবনি, অচানবা মনায়
ইবুঙো ইবেম্মনা হায়বা ইল্লিংখৈ
হরাওবগী মথোই কা, হা
নুঙায়বগী মপাল শা, হা
করিবু অৱাৎ অপা লৈরুনি
ওমোর কায়দো ওইদোরিপোৎনি, ওইদৌরিপোৎনিহে
করিগীদি ওইরোই, অচানবা মনায়
মখোয়নিনা হায়বতা ফিখাও শারিবু
নপোৎ নরনসু শিদ্রিফাওবগী পীবিরনি
খল্লনু খল্লুনো মাগী মীগী
নঙগী নথৌ লেপ্তুনবতা খল্লো
নঙগী শোয়দ্রগা পেঞ্জরগা লোয়রে
অচানবা মনায় ওইগে ফংনপোত্তে
নমা ৱাগনি অৱাবা উরুনু
ননাও মাংখিবা থিরুনু কৈদৌনেগে
নয়াম্বা শিরবসু অমহায়, অম্হানি
নতু নচা শিদ্রগা অদুঙায়
অদু খঙদেদা মীওইবা, মীওইবনিন
খঙবা ঙমদে, তম্বা ঙমপোত্তে
পুন্নমক্কী খনগে খল্লোয় নঙোন্দা
মুন্না ৱাখল তৌজৌদা অচানবা

নয়ুমদা লৈবা শঙবকান লাক্কনি
ইঙ্গোলনুংগী মীখোয়না ঝারৌরকদ্র খঙদে
হীগায়ঝাদি নত্তেকো তুমিন্না হায়বনি
অচানবা মনাই, মনাই অচানবা।

## চেকসিঙ্গৌহে মপাল্লমগী হুইনি

চেকসিঙ্গৌহে মপাল্লমগী হুইনি
মনা য়াম্না শিংবনী
মমিৎ য়াম্না থৌবনি
খুজিলসু য়াম্না তুম্বনি
মৈতৈ হুইজাও নঙ
ননা ইফল ফল
নবুক ইথোল থোল
অহাওবনা মরোলমা চারিবা
মপাল্লমগী সিকার হৈবা
ময়াংলেন শাংবা কুচুমুনা
শেৎ শেত্তুনা চাখিবা
হুইনাও মশিং থিঙমখিদ্রবনি
অশিংবা শাদুনা নঙনা
থোঙজিল ঙাক্কুনা লৈরবদি
চোংসিল চোংসিল চাদুনা
মৈতৈ হুইখোয় লৈরক্করোই
নঙনা থোঙজিলদা ঙাম্থোয়রিঙৈ
য়েনখা মখা থংবদা
শরাক শান্নদুনা হাত্তোক্লম্বশিং
য়েংদুনা লৈহৌরিবা করিগীনো
পুম্নমক লোয়না নঙনা
ঙাক সেন্দুনা লৈগদবনি
নঙবু নুঙায়না থমদুনা
নবুক থোন্না লৈহনবদি

য়েনগোল মনুংদগী য়েন্নাও ফাও
মশিং ফনায়াম হস্থুরে
লোয়না তুম্না মাংসিল্লক্রে
হুইজাও নঙ লৈবগীরা।

## থেম্বা লেপকনু থেম্মু

থেম্বা লেপকনু থেম্মু
থেম্বা কন্দ্রদি ব্রাকায়নি
অদুবু নিঙায়দি লেপলোয়দৌরি
অমা লোয়রগা অমা
অয়ো চৈনা ফংলবদা
তোক্লো কপকনু থেম্বীবা
চৈনা পিরক্লিবা অমদুদনা
ব্রাহৈনা নাল্লগা তোকপা
করম্বা অঙাংনা য়াগদোয়নো
ঐঙোন্দা ফুরকপগী মাসু
মাসু ফু হায়রকপতাবনি
মসিদা করি খল্লিবা
তিন্নবা মরুপ লুই
মরুপকি মচা সোকয়াদে
ইচা সোকপনা সোকপনি
নঙনা থেম্লরোই খনবদি
অপংবা বুদুগী ব্রাখল্লোন্নি
মদুগী কান্নববু করিনো
থেম্বা কল্লিংখৈ কনখৎলক্কনি
নিঙায় তোয়না তৌরক্কনি
কান্নদে করিসু কান্নদে
নঙতনি মথা শাগদবা
নঙনা মথা শারগা
মখোয়না শাবা য়াওবিরোই

নওনা ওমচাক্রনা খাওবদা
মখোয়না হ্যাঙচিক লাংগনি
নচাশিংনা লাওখোঙবা তারগা
মখোয়না হরাও মথোই্ কারি।

## ঈগী ঈচেলদা তাওথখ্রবা

ঈগী ঈচেলদা তাওথখ্রবা
ঐগী থব্রায়গী মণি
মমল য়ামখ্রবা মণিনী
মহুৎ সিন্নবা লৈহৌদ্রে
তাওথখিবনসু হানখ্রে মণিদু
ফাজিনবসু ওমহৌদ্রে ঐনা
ইখুৎসিনা কয়ারক লাম্মি
লাম্বদা ফংদ্রে মণিদু
ঈচেলসিগী তোর্ব্বানদা ফমদুনা
ওায়রি থব্রায়গী মণি
চেন্থখ্রবা ঈচেলনা হনকৎলক্তবনা
লাক্লরোই মখুৎ হায়রম্মি
নখোয়সু লোয়না উহৌরেদনা
ঐগী মণিনা তাওথখিবা
ঈচেলসিদা নখোয় নখোয়গীসু
তাওথখিরোই হায়নিওায় লৈতে
লাক্লরোইদববু লাকখিগনি খন্দুনা
ঐনা অমুক ওায়ররোই
কপ্লরোই মণি অমগী
শিন্থুররোই মিৎকী শী
ঐগী ইতৌবু উরিবশিং
ঐগী ব্রাহৈসিমতংদি তাবিয়ু
নখোয় ময়াম্না ঐবুসু
পাঙ্গল থৌনা হাপ্তুনা

ময়াম পুন্না মান্নরগা
ঈগী ঈচেলসি ঈথৈগ্রসি
মীওইবশিংগী মরক্তা চেলহল্লরোইসি
মণি কয়া তাওথখিদনবা।

## পাম্মু খঙদবা, পাম্মুবিয়ু

পাম্মু খঙদবা, পাম্মুবিয়ু
পোমশাৎনরিবা লৈরাং পাম্বীমবু
চন্নফম খঙদনা মাংহনবিগনু
উফুল্লক্তা খোঙগাওনদুনা অরেম্বদা
পাম্মু খঙদবনা মমাংঙৈদা
খুত্তা শাজৈ পায়দুনা
লৈনা চোয়না কম্থুৎপিবা
চোয়জায়নখ্রবা লৈরাংদো অদুম্মক
তুরোই ঙারোই লৈরাংদো
লৈশাত্তি তম্লিংখি লৈরাংলক্তা
অঙনবা অয়ুক্কী লিক্লা
ঙায়নিংখি লৈরাংদুনা, অদুবু
লৈরাংশিংগী লৈরক্তা লৈনচোয়
লৈমান্নদ্র লৈরাংদো অদুম্মক
য়েন্নীং অমুক হুনখিদ্রে
নাকেম্থা ওইদুনা লোয়খি
নাচোম ওইবসু ওইদা
লাইদা কৎপসু চন্নদ
লৈরাংগী লৈনমসু চেন্দা
লৈরাংগী মপোক্তা পোকপদা
লৈমায়থক্তা চায়বা লৈনাশিং
খুঙ্গত্তুনা কনানসু নপাদা
নোংমা নোংমা হৌজিনখি
লৈনাদু অদুম্মক লৈমনচনখি

লৈকা ফন্না শাৎহৌরিবা লৈরাংশিংনা
লৈমল চনখ্রবা লৈরাংদুগী
থম্মোয়দা চৈনা খাঙহৌই
মরোল থোক্লবা লৈরাংশিংদুনা।

# পোক্লাওবি মরুবু কিগত্র

পোক্লাওবি মরুবু কিগত্র
মতমসিগী মহিক মতাঙবু কিগত্র
অকিবগী অকিবা ঙাক্তা
খন্থরুবদা কিদবা লৈতে
খঙহৌদ পায়রক্কনি ইনাক্তা
থাজরুদে কাপ্লক্কনি পোক্লাওবী
কাপ্লক্লিবা কনানোসু উহৌদে
পাল্লবদা খঙলকই কাপ্লক্লে হায়বা
শান্নরিবা মশান্ননি হায়দুনসু
পোক্লাওবিনবু কাপ্লা হৌনবরা
জ্ঞ্যান তাবনবুদি কাপ্লক্লোয়
অপংবা অঙাংনা নত্তনা
ঙৈহাক লৈতনা কাপ্লবা
মান্নবা মখোয় মশেন্দি
নাদবরা কৈনো নঙদে
তান্না তান্নদনা কাপ্লে
মিৎ নাদা পাল্লগা
পানফম চাদনা পাল্লবদি
মিৎ তাঙনিসু খন্নদে
ইস্থোক্লসু নাতৈ চাখিদ্রেদা
পোক্লাওবি কাপ্লা হৈতবদা
পানফম চাদনা পাল্লবনিনা
নারবনিনা শাওনিংঙিদো পাল্লবনিনা
পোক্লাওবি কাপ্লগনু পোক্লাওবি

মতাং মতাংগী কাপ্পরিবনি
মীগী মচানা কাপ্পপ্লগা
ঐখোয়না কৈদৌবগী কাপ্লোয়দোয়বা
কাপকনি ঐখোয়সু পোক্লাওবি
লমহেনবা অঙাং সঙ্গু
কাপ্লৌ কাপ্লৌ পোক্লাওবিদু
পোক্লাওবি কাপ্পবগী কান্নবা
পুদুনা য়ুমদা লাকউকো
চাবা চৎপা তুম্বা
চেকসিনবা য়াবা চেকসিল্লি
চেকসিল চেকসিলনা সোয়
মহিক মতায়না মকল্লকই
কোক চিকপসু শিনরে
লাইহৌ হৌবদসু শিনরে
কোক ঙাওবদসু শিনরে
পংশিদা শিনখ্রে মীওইবা
বোম তোপ্লা কৈদৌরুদোয়নো
থাদনদ্রসু য়ারে মাংনিংঙায়নি
পোক্লাওবী খরা কাপ্লা
মহিক-মতায়না খরা চেন
খঙহৌদা অদুম লোয়সিনমিন্নবৈদুনি
করিগী অমুক ব্বারুগনি
থাদোকউ য়েক্লবগী য়েক্লবা
নুঙায়না অমুক্তং লৈথোকউ
শাওনগনু নাকল অনিমক
অপংবা অঙাং সঙ্গুনা
কাপ্লক্কনি পোক্লাওবী মরু
নমায় নমিৎ খঙদা

তান্নবসু নঙহৌদা, চেনখিনি
তায়নরুগনি কনাদা অমুক
অঙাংনা পোক্লাওবি কাপ্লকপগী
নরন্নায় ইন্নায় তাজতবনি
নুংশি চান্ননা লৈমিন্নসিসে
অঙাংনা করেম কথায়রক্তনবা
ঐখোয়না হরাও তয়ান্নবদি
অঙাংশিংসু লোয়না য়াওরক্লদবনি।

## ষনপোৎ খোয়রিবা ষনলাবা

ষনপোৎ খোয়রিবা ষনলাবা
হল্লা নত্তে মাগী মথৌ
য়ামখ্রবা লৌয়াম, পাকখ্রবা লৌপাক
ষনলাবা মানা ষনপোৎ খোয়রি
অদুক কন্না কন্না হোৎনজরিবা
ষনলাবদু শিংথানদে, তাইবং মীওইবনা
ব্রাশা শাজৈনা সেৎ-সেৎ
অর-তিতি, অর-তিতি
থবকসু শুবা মীব্রাসু তাবা
মপাঙ্গলসু ব্রাবা চৈসু চাবা
অব্রামনদি চরু শজিক্তনি পিজরিবা
অমরোমদা মরাইবক থিবা হায়বদুনি
মীদা কনবা শাজৈগী চৈনাখোলগা
ষনদা কনবা শাজৈগী চৈনাখোলগা
চৈনাখোল অনিমক চপ মান্নে
খেৎনবা করিবু লৈরমগদগে হা
শজৈনা কল্লকপা চৈশিং খুদিং
করিবু খল্লমগদবা ষনলাবদুনা
মরোল থোক্লল্লবদি খঙবা ঙমগদবনি
চৈনাখোলদুগী ব্রাখল্লোন ষনলাবদুনা খল্লিবা
থব্রায় পানবা খুদিংমক্লা
ফংলিবা অব্রাবা, অব্রাবগী চৈনাখোল
মান্নবা ঙাক্তেনি খল্লমগনি ষনলাবদুনা
তাইবং মীমুক ফত্তবসি লৈরমদ্রে

চরু শঙ্জিক খরা চাননবগীদমক
ষনগী মপোক্তা পোক্লুবা হৌনদে
মীৱা তাবা শাজৈ চাবা
ইপাঙ্গল শিজিন্নবতনি কান্নবা লৈতে
ষনপোৎ খোয়রিবা ষনলাবা
হল্লা নত্তে মাগী মথৌ।

# চৎলি লমশাং অমা

চৎলি লমশাং অমা
ইথন্তা নত্তে য়াল্মি
তুমিন তুমিন্নসু চৎখিদে
লাও খোঙদুনা চৎখি
　　　　মতেক অমা চৎলে
　　　　সম্বল অমা খারল্মি
　　　　ময়াম চংদুনা পুন্না
　　　　অমুক্তা নমখায়খি সম্বল
মতেক অমমুক চৎলে
শাথিরবা হুইয়াল্মা লৈরল্মি
চেন্সিন্দুনা অদুম চংসিন্খি
চোংসিল চোংসিলদুনা খোঙজিল্লকই
　　　　হুইশা ওইবনিনা চিক্লকই
　　　　মায় মিৎ খঙদখে
　　　　থোৎলবা মীওইবগী হকচাং
　　　　ঈ থোকপা মখৈ
পম্ভুংফম য়ৌদবা য়াদবনা
থিনা চিক্লবশিংদুগী মনাক্তা
পম্ভদুনা লৈবা ঙম্মখিদে
মতেক অমামুক চৎলি
　　　　লেনদুম য়াওবা নোং
　　　　কন্ন-কন্না চুথরকখি
　　　　অখাক অরাওগা লোয়ননা
　　　　জ্ঞ্যান মাংবা মখৈ

*লম্বেন্দুদা মনিংদি হনখিদে*

মাংলোমতদা য়েংনা চংসিল্লি
লেন্দুম্না পাল্লবা মীওই কয়া
লমখাংদা অদুমমক তুহৌই
অমা লমখাংদা তুথরিঙৈ
অনি চেন্থোরকই পম্বুংগীদমক
হনবা লৈতে ব্রাংপা
অচৌবা খোঙচৎ অমনি
লম্বেন তঙখায় হেঞ্জিল্লকপদা
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ
শাহুম কন্না শিৎলক্কুনা
খঙহৌদনা উজাও তুথরকখিবা
মরাইবক থিরবা মীওইবা
উজাওদুনা তুথরকপদা মপাচানা
ননদুনা লমখাংদা লৈমাইথক্তা
অরোইবা তুংখুন তানখি
তুংখুন তানখ্রবা মীওইবশিং
মখোয়গী থব্রায়না খিকথবিরকখি
নোংদোল থক্তগী ইরিক
লমশাং চৎলিবা অব্রাবশিংদা
খঙহৌদে লেপখি নোংনুংশিৎ
হাংখি লেনদুম য়াওবা নোং
পুম্নমক লেপখিবগা য়ৌখি
পম্বুংগী লমশাং লম্বী

অনিরক সুনা চৎনিংদে
চৎলগুমসি ঐখোয় ময়াম
অনিরক সুনা চৎলবদি
তুংখুল তানখ্রবশিংনা ৱারৌরগনি
কায়হন্দনা ফজনা লৈহনসি
ঐখোয়গী পম্বুংগী শক্তম
কাওথোক্লরসি ৱাখিবা পুন্বা
পম্বুংসে ঐখোয় ময়ামগীনি।

## চিক্লরগা খোৎনরগা কৈদৌরুনি

চিক্লরগা খোৎনরগা কৈদৌরুনি
চিক্লরগা খোৎনরগা কৈদৌরুনি
ওই নওগী হুইয়া
ঐগীসু য়াওরি ঐগীসু
        হুই নওগী খুজিল
        পাল্লি ঐগীসু খুজিল
        নওনা য়ৌয়ৌ চেনসিল্লরুনি
        ঐদি মচিসু লেংবিরোই
নওনা হান্না খোঙলক্লবসু
ঐনা হন্দুনা খোঙবিরোই,
নওনা হান্না চিল্লক্লবসু
ঐনা হন্দুনা চিকপীরোই
        য়াই হায়বা খঙলবনিনা
        নওনা সুম হেঞ্জিল্লক্লবা
        নতৈদি চারোইহে হুই
        মুন্না ৱাখল তৌ
জিবনি জিব ইবানিমক
চপ্ মান্নে থৱায়
থৱায়দা লৈতে খেৎনব'মা
অচৌ অমচা অমত্তনি
        নওনা ঐঙোন্দা খোৎপা
        চৈনা ফাওদবা নত্তে
        ঐনা নঙেন্দা খোৎলবদি
        নওসু সোয়দনা নাগনি

নওনা চিকপদা ঈ'থোক্লিবা
চিক্লবদি নঙোন্দসু ঈ'থোক্কনি
ইবায়নিদগী চেন্থরকপা ঈ
ঈগী মচুসু মান্নগনি
উনশানা কুপ্পা জিব
জিবশিংদা য়াওরিবা ঈ
অঙাংবা ঈগী মচু'ঙাক্তনি
হিগোক মচুমতা য়াওনদবনি
নুংবু নুংশি চান্নরবদি
হুইগা হৌদোংগসু হায়নরিবনি
হুইগা হৌদোংগসু নুংশিনৈ
কান্নদে অঙম তান্নবা
ইরেঞ্জনা ফজনা হায়রিঙৈ
তোক্লোদা হুই নঙবু
সাওনিংবা য়ৌনা থোক্লবদি
ঐ মচি লেংঙক্লনি
ঐনা করিসু হায়দে
নঙবু করেম্নদুনসু লক্লখিদে
ঙস্মি হায়দুনা নঙোন্দা
অঙম্বসু উৎখিদে
ঐনা অসুম সাওরক্লবদি
শাওননবতা নঙনা হোৎনরক্লবা
ঐগী ইগুণ খঙলগেরা
খুচিক খুখোৎ শাথিবা
চিক্লরগা খোৎনরগা কৈদৌরুনি
চিক্লরগা খোৎনরগা কৈদৌরুনি
হুই নঙগী হুইয়া
ঐগীসু য়াওরি ঐগীসু।

# নিংথীর থাজগী শক্লোনবু লৌ

ইকায় খঙদবগী হিদাক লৈতে
ইকায় খঙদবগী হিদাক লৈতে
ইকায় খঙদবা হায়বা অসিসু
কোক্লো য়াদ্রবা অচেৎপা মচুমনি
ইকায়বা খঙদ্রবা মায়থোঙগী শক্তম্মা
নিংথির থাজগী শক্লোনবু লৌ
ঙাল্লি, কুফেৎ কাফেৎ মীরক্তা
অপংবা কয়াগী থম্মোয়বু সুম্মৎলি
লিলা দ্রামা অমদি ফিলমদা
অচুম অরান অফ ফত্ত
উৎলি মখল, মথেল কয়ামা
সমাজসিদা চৎনরিবা মীওইবগী লিচৎ
অফবা কয়াসু উৎলি, তমজনিঙায়
ফত্তবসু উৎলি, তমজনিঙায়
ফত্তবদুদি মতৌ তম্মুনু উৎপনি
হৈনরুগনু পাম্মুনু খঙজিল্লু উৎলকপনি
খঙজিল্লগা পুক্লিং লৌশিং ওইগদবা
নুং পাল অনিমক্তা উৎলোয়দবনা
ইকায়বা লেমদ্রবা অথিবা অদুবু
ইকায় খঙদবনা ঙম্মী উৎথোকপা
অদুবু খঙলরোইনা ইকায়বা খঙদ্রবসু
ইকায়গদবা নঙনা ইকায়ররোইনা ইকায়দ্রবসু
অউবা ঐনা ইকায়জৈ লিচত্তু
নঙগী নতৌবু তমহনগে খনগনু

নঙগী নত্তৌ তম্বদা অপংবশিং
হিংবগী মমিং কয়া মুৎখ্রে,
খোঙথাঙ খুদিং খুদি থিদুনা
ইকায়বা চোপ্পগী মীনোকফম তাখ্রে।
খুদি মশিং থিরিঙৈ কাওরুরমনে
মফম অমমম্‌দা থল্লম্বা মচাশিং
কাওবা য়াবা কাওথোক্লুরবসু
খুদি থিবা লোয়রবদা নিংশিংলকখি
মনা পংদ্রিঙৈদা তাখি পাও
মমা কায়নরবা মতুংদা ওইরকখিবা
তাইবংগী মীনোক মৈশারক্তা শিঙমদা
থম্মোয় খুতুমসু ঙাওচৎননা লেনবা
মফম অমদা লৈহৌবা মচামনা
না মেন্দুনা খাঙলি তুমিন
মমাগী মিংচৎকি ৱারি তাবদা
মকোক ঙাওরে জ্ঞ্যান মাংলে
অরেম্বনি পুন্নমক ইকায় খঙদবদদি
উসিল্লুবা শঙদে মথৌ য়াম্বনা
মীরক্তা, কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লিঙৈ
খল্লুদে হুন্তোক্লম্বা মচাশিংগী তুংগী
কয়াদা চিঞ্জরিবা মাগী মথৌ
মায়থোঙগী মচুবু শঙগদ্র, নত্রগা
মীওই কয়াগী থম্মোয় সুক্কাৎপদদা
অচৌবা মথৌদাং অমসু লৌরিবনিদো
পুন্নমক্তু লেপ্পবদি করম্নসু হিংগনি
সুদনা চারিবা অমা ওইবনা
সুরগা চাবা হৈরম্লগদি
নিংথিরা থাজাগী শক্লোনবু লৌরমখিদ্র

অদুবু চেকসিল্লু চেকসিল্লুহে চেকসিল্লু
অকোয়বদা ঙংদুনা পায়রিবা খোয়রা
শক্লোনসিনা মচেৎ তানা কায়রকপা মিকুপ্তা
মচেৎ-মচেত্তুনা পানবগী চৈনাফংলকখিবনি
চৈনাদুগী চৈফম কোকপদা ব্রাগনি
হেন্ন-হেন্না খামদুনা মুসিল্লকনি
কোকলো য়াদ্রবা ধাকফমদুবু য়েংজ
নথন্তা মৈনুংদা চোংসিনজা অদুম্মক।

# হুমাংগী মমলদি খজিক্তং

হুমাংগী মমলদি খুজিক্তং
হুমাংগী মমলদি খজিক্তং
চাবিনবদি য়াম্না য়াম্মি
লৌবিনবগী মশিং হেনগৎলকই
অহেনবা হুমাংমলদি লৈজদে
নোংমগী পুক থন্ননবা
পাঙ্গলনা হোল্লি মাল
শরু শয়াং তেকপখে
হোল্লিবা মাল ময়ামদুগী
হুমাংগী মমল ফংবদা
লেপ্তুনা য়েংলিবা মহাক্কিসু
য়াওরি হোনবদা শরুক
পীফম থুংফম থোক্তুবা
হুমাং মমলগী শরুক
নমদুনা লৌরি মুন্দুনা
পীদনবা হোৎনৈ য়াদে
ফোয়দুনা সেত্তুনা লাকখি
উনা উনা অদুম্মক
কনানসু কনবিদে মখুত্তগী
ঐগী হুমাং মমল
হুমাং মমল লুল্লিনৈ
লৌহৌ মুলহৌবতমক খল
মীতরিবা পোত্তুমক য়েং
খুদি থিনী কাওই

অকাওবঁনা মাংওইনা খোঙথাঙ
খঙহৌদে নঙহৌদে কনবা
খুদি অমুক্তং থি
অরোইবা মরাইবকসু ওইখি
কয়াদা লাইনা মাংলবা
পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোকসিদ

# চুম্মী খুবাক খুনম্মি

চুম্মি খুবাক খুনম্মি
চুম্মি খুবাক খুনম্মি
মীওইবসে খুবাক্কা খুনমগনি
ঙসি খুবক, হয়েংনা খুনম্মি
তাইবং পুন্সি খোঙচৎসিদা
খোঙ কবক-কবক থাঙহৈরকপদৈ
মীকুপ অমা পোথাদা
চাওরবা পোৎলুম্মা থাংলকখি
পোৎলুম অমা থাংথবগা
পোৎলুম অমা থাংকৎলি
অথিবা ঋাহৈ ঋাতদনা
য়েংকা ওইগদা নিলখি
খোনথি চাবুল চাবুলনা
লঋায়দা লেপতনা হৈথরকখি
অহৌবা মীনোক্কী খোঞ্জেলনা
পিরাংগী ঈচেল ফাৎখি
শাংলবা লম্বি লমশাং
চৎখি য়ৌননবা খোঙনা
অচেনবা গাড়ি তোঙঙমখিদে
কয়াদি ঋাগ্রে নুমিত্তো
অদুবু হেন্দে ঋাত্তেদুনি
অঋাবগী অঋাবা অমত্তনি
অঋাবদি চপ মান্নে

মশিং থিরুবগা ঙমপোৎত্রে
নিংশিংবগী মতমগা লৈতে
ঐনা নিংশিংবা হায়ববু
চুম্না চৎপা অসিতনি
নোংমা চিরবা তঞ্জামদা
কাছোক কানসিন চেনয়দ্রবদা
অরৈবমদা ইতেং নিরুই
অহাংবা খুবাক্তা নোক্লবিরকখি
ঈশ্বরনা থৌজানবি হায়বদুনি
ঐঙোন্দগী হেন্না নঙলবমনা
ঐগী অন্নাববু কনখি
মীনুংশি চেনবা মীওইব হায়দুনি
করম্নবু কোকখিবা অন্নাবা
কদায়দা মাংখ্রবা লায়রবা
লাকখিদরে অমুক ইনাক্তা
ইকায়রক্নমনে লায়রবা মাসু
অদুবু অন্নাবা মদি
নুঙায়বগা মচিন মনাওনিনা
অমুক অমুক মরাকই
সুংলৈ লৈরনোদি ময়াদে
খুবাক তিংথোক্কনা লাকখিবা
ঙসিদি খুনম ওই
খুৎনম কয়া কয়ানা
খুবাক তিংথোক্লি ঙসি
তিংথোক্লকপা খুবাক উবদা
ঐগী হৌখ্রববু নিংশিংলগা
ইথস্তা ইকায়জরি খুনম
উপশিনখ্রবা খুৎনম লোংথোকত্রে।

## তাইবংগী মীনোক মরুমদা

তাইবংগী মীনোক মরুমদা
ইকায়না লোৎচরি কনামা
থম্মোয়নুংদা অৱাবা ফুম
মুৎনাইদ্রবা মৈচাক্কা লোয়ননা
ফমদুনা লৈখোকপসু য়াদা
খোঙথাঙ লেপ্পা য়াদবনা
নুমিৎ খুদিংগী লেপ্তুনা
উপায়গী লম্বিদা খোঙথাঙলি
খোঙথাঙ খুদিং খুদিং
পিরাংতনা মাং থায়
তাইবংগী মিনোকপু কিজ্‌না
করি ৱাহৈবু হায়বিখিগদগে
লাইবক থিবা ওইবনা
শিনফম অমত্তসু নত্তনা
মখল মথেল য়াম্মে
শিদনবগীদমক হিংননবা হোৎনবদা
লেপ্তুনা হোৎনা, হোৎননা
হেঞ্জিল্লকই অৱাৎবগী শরুক্কা
খল্লকই ৱাখল অমমুক
করম্বনা অমুক ফরদগে
খনবতদসু অৱাবা অমনি
শমচেৎ হাৎপফাওবা কাওই
মদুসু অমুক নোক্লবিরিবনি
মসে ঙাওরমনে হায়দুনা

খোঙ্জেল হৌবমগী মীনোক্তা
খঙপেক হেক খঙবদগী
শম্না ফজনা হাত্তোক্লুনা
লাইবক্তা চন্দল নম্মি
কয়াম্মুক য়াম্না ফজখ্রদুনা
করম্বগী শক্লোনবু মাল্লুরবনো
ইতুং ইমাংদা লেপ্তুনা
মীনোক্কা লোয়ননা করেম্নে
খল্লি থম্মোয়নুংদা লোন্না
নখোয়সু ঐগুম্না ওইরম্লবদি
নশাদ থোক্তবনা খঙদ্রিবনি
খঙদাদুনা নোক্করিবনি ৱারৌরুদে
সনা লুপা মণি মুক্তা
পুম্নমক্কগী হেনবা অহেনবা
মমল য়াম্লবা ইশাগী
ইজৎপুদি চেকসিন্না থমজরি
চেকসিন্না থমজরিবসিনা পাঙ্গল ওই
সোঁকথবা লৈতনা হিংলি
মচু ওন্দবা লাইজগুম
ইমায় চোল্লকখিনি খন্দুনা
করিগীসু চোল্লক্লোই ইমায়
কুমগী নোং লাকপদা
নোংগৌবি চেক্লানা ইখৌলাংবদা
ইখৌলাংনা অদুম্মক লেনখিদে
তাইবংগী মীনোক মরুমদা
ইকায়না লোৎচরি কনামা
থম্মোয়নুংদা অৱাবা ফুম
মুৎনাইদ্রনা মৈচাক্কা লোয়ননা।

# কেজবনা নুপীগী লৈতেংনি

কেজবনা নুপীগী লৈতেংনি
নাঞ্জবনা নুপীগী মশক্সি
লিরি খোয়রিবা মতৌনা
থোয়দোক হেন্তোকপা গুন্নি
অথিবা নোক্লবা চুরুঙই
ফজবা নোক্লবদি চুরুঙদে
ফজবগী মতৌতম্বা লুই
অথিবগী মতৌ তম্বদি লায়
ফজবা মতৌতবু তমহন্নিঙই
অথিবগী মতৌ তমহন্নিংদে
অখোয়বা লম্বেলদ চত্তুনা
সেরান্নবা মফমদা পম্লুং ওইহন্নিংদে
কেনিংবা মওংদা কেগদবনি
কেবনা মায়থোঙগী মরুপ্নি
শাজত্তি হৈনা চৎকদবনি
লুরিবদি শাজৎ অদুবুনি
উনশানা কুপ্পা মীওইবগী
কনানা খঙবা ঙমদ্রবা
চিংনবা মশিংদী য়াম্বা
অরোনবা লিচৎ কয়ানি
মতৌ তম্লিংদ্রবা শাজৎ
মিৎসিনা য়েংনিংদ্রবা লিচৎ
লিচত্তুনা তপ-তপ নকসিল্লক্লি
ফিদা নপ্পা শম্নপ্লিগুম

নঙ্গু নপ্পকখ্রবা লায়দে
লৌথোক্লবা হোৎনবদা থবক'মনি
কয়াদা তমথিরিবা অঙকপনো
হৈনখিদ্রেদা সিগুম্বসে হৈনখিদ্রে।

# অঙম্বা ঙন্মিদকো অঙম্বা

অঙম্বা ঙন্মিদকো অঙম্বা
অসোনবদগী ঙম্বা অঙম্বা
করম্না খাঙগনি অসোনবা
অঙম্বা নঙগী নমাংদা
        লৈতেনে হাপ্নিঙায় অমত্তা
        য়াওদেনে সেন লুপামা
        ঙসায়দগী ফন্নিবা অসে
        লুপামা খুলাংখাঙ কৌদ্রি
য়েংঙু নঙসু অমুক্তা
সারবা কালেনগী নুংশাদ
লোয়না খুইথক্রে মনা-মশিং
ফজবা পাম্বনা লৈবিখিদ্রা
        নঙদি মহুৎ মাংপোৎতে
        ফন্নাসু চৎলসু উইথোক্লসু
        থাগী য়াম্বা য়ামদবা
        ফংগদবা অদুম লৈরবনি
ঐদি ঙসি পোৎশিক্তবদি
করিনো ঐনা তৌগদবা
মৈ পাল্লিসু তায়
তেরুশিংসু অমত্তা লৈহৌদে
        লৈহৌদবগী লৈহৌদবা হাংহৌরিবনি
        হনখিবদা লৈরমগদবা হায়ববু
        অশেংবদি হায়গে ঐ
        ঈশিংদি কোরফু থলহৌই

মুরুম মুরুম সোল্লিবদুবু
হে, নণ্ডবু ঙাওরবরনে
মফম চানা ফল্লমদবগীনি
ঐনা খুৎ থিন্তোক্লিবসি
অদুবোবা লৈতেবা পিনিংঙায়
ঙসায়দগী হায়রিশিংসি ননাতাদ্র
ননা পংলদি লায়েংথোকউ
মীরা য়াম্না তাগনি
সেসে পীরক্লো সে
কান্নদে অমুক সিথশন্নদনা
কুইনা লেপ্পা ইকায়
মীনা ভাব'মা খল্লনি
ইবুঙো নণ্ড কৈনোমতৌই
রা য়াম্না ঙাংতল্লি
সেসে লৌরোসে পুজাখ্রো
সেন্দল অমনবসি ওইনা

## পুদোলগী মৈঙাল অঙকপনি

পুদোলগী মৈঙাল অঙকপনি
মৈঙালদুগী মতেং লৌরি
মীওইবা পুম্বনা তাংজরি
অমম্বদা ঙাল্লি বুদোলনা
মহাক্কি থব্বায়দী তেরুসিংনী
তেরুসিং য়াওদনা ঙান্দে
থব্বায় পাপ্পিবসু মীওইবননি
মীওইবনা শাবনি পুদোল
অমম্বদা উদবা কয়া
বুদোলগী মৈঙালদা উরি
মৈঙাল য়াওদনা ঙমদে
অমম্বদা মীওইবা লৈবা
মদুমক মুন্না খঞ্জিল্লগা
মতেং ইতেং লৌনা
নুংশি চান্ননা হিংমিন্নসি
নুংশিনদনা হিংবদি ব্বাগনি
পোকপা শিবা নায়বনি
পোক্লবদি নোংমদি শিরগদবনি
চুখৎলগা ঙানবা মৈঙান্নি
মুথৎলগা পুমমম্ মম্বনি
মানা হায়বদা য়ারবা
নঙনা হায়বদসু য়াগনি
নঙনা নখুৎ তিংথোক্লবা
মাগীসু খুৎ তিংথোরক্কনি

হায়নরগা য়ানবা ঙাক্তনি
পুকচেল শেংনরবদি নুংশিনবনি
অশাওবনা অমাংবগী হৌরকফম্নি
নুংশিনবনা য়াইফবা ওইবনি
নুংশিনবদগী হেনবা অথোইবা
লেতে সমা অমুক
অমম্বদা চৎপবু নুংঙায়বরনে
অমম্বদা উবা করি লৈগে।

# ঙসিখক্তা ভাব তারকপ্রা

ঙসিখক্তা ভাব তারকপ্রা
ঙসিখক্তা ভাব তারকপ্রা
হান্নবা ভাব তাহৌদা
উতোং অহোবদা ঈশিং শোকত্রদুনি
লমগী মীনা মরমশা
ইয়ুম্বু মীয়ুম ওই
কুসি রাসি মনিংতম
কয়াদি য়াম্লা নুঙায়খ্রগেদো
ইরমবু মরম ওইয়ারক্লোই
ইয়ুম্বু ময়ুম ওইহল্লোয়সি
ইনাক খুনবমনা লাইরবমবু
শেম্বদা শেমঙল্লক্লোয় হায়খ্রবদুনি
হায়বা ব্রা তাবিখিদে
তান্না খন্না য়াখিদে
ঙসিদি করি ওইরেসে
মরম নত্তনা মরমশারে
লৈবগী লৈবা অসুমমক
চহি লিশাংসিৎনা লৈরকখ্রবনিনা
তানবসু হেক ময়াদা
তানদ্রে অকায়বা লাক্কদোরিবা
লায়না খনবসু য়াদে
লুনা খনবদি খনগদবনি
অমতং হান্না লাকপনি
অমদগী অনি সুরকখি

মচা ময়াম্ন পোক্লে
মচানা মচামুক পোক
মশিং থিরুবা ঙমদ্রবা
মীরমচা ঙাক্তা ঙায়গ্রে
    য়ুম্বুনা মীনায় শা
    মীনায়না য়ুম্বুসু ওই
    করি জুক্লো ওইরিবসিবু
    পানবিররেনে মখোয়না য়ুমসিদ
পিকখ্রবা ইঙ্খোল মচেৎসি
ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লেদনা
কিরিক কিরিক ইন্না
সৌ সারে অমুক্তোয়বা
    ঐখোয়গী য়ুমগী মীশিংগা
    মীরমচাগী মী মশিংগা
    থোয়না হেন্নরম্লোয়দ্র খল্লি
    ওখাক্তি য়াম্লে মীরমচা
মথৌনা মরিঙ্ঙেন্দি থাগৎনিঙায়নি
সুবা নোম্বা তন্দে
অয়ুক সুহৌদ্রদি নুমিদাং
চরা হেক্তা হেনতোকঙম্মি
    কয়াদা কল্লিবা মপাঙ্গল
    কয়াদা শাথিরিবা মথৌনা
    ব্রাখল লৈবা মীশিংনি
    লৌশিং চাওবা ধারনি
মখোয়না ইপান তাংজগদ্রগা
ঐখোয়না মখোয়দ তাংজরে
ঐখোয়না তাংজবসু, মখোয়গী তোংজবনি
মখোয়না তাংজরে ঐখোয়দগী লৌখিবনি

ꯑꯩꯈꯣꯌꯅꯥ

ঐখোয়না ৱাহৈমা হায়ৱদা
মখোয়না হেন্না চাওসিল্লকই
চৎননবা থৌরাং তৌবসু
হেক্তা খঙখি তেসিন্নরকখি
লৈতা লাইরগী তঞ্জায়েং
অচিক অকোম য়েংলগা
মফমসিফাওবা লৈননবা হোৎনরকখি
কয়াদা লায়না ওল্লক্লিবা
মফমসিদা মতম খরা
অৱা অনা খাও
লৈমিন্নরম্বা কয়া কয়া
চৎখ্রে মতোং পুরগা
হেন্না মতোং পাম্বা
শিংবা হেনবা কয়ামনা
লৈহৌরি মফমসিদ খাওদুনা
অচৌবা মতোংমা লুমদুনা
মুন্না ৱাখল তৌহৌসিহে
খন্নসি, ইপুক থন্নবগা
লাম্বাগা করম্বনা ফৈ
অরায়বা নত্তেকো হায়জরিসে
খঙবা উবা ওল্লুদবা
চেকসিলহৌদবগী অসোয়বনা নোংমদি
ইয়ুমদা ইয়ুম ওইদা
লম্বিগী চীদায়দা য়াকেপা

## বন্দ তৌদবা য়াদে

বন্দ তৌদবা য়াদে
বন্দ তৌদবা য়াদে
বন্দ তৌদ্রগদি ফংলোয়
ফংলোয় ঐখোয়গী দাবি
বন্দ তৌদ্রসু হায়য়ু
বন্দ তৌদনা তাল্লু
মরম চাবা দাবিশিং
করিগী ফংলোয়দৌরিবনো হা
মরম চাবা অমমম্গী
মান্নদবা দাবি কয়া
কনানা কনাদা পীরকখ্রগে
তাসিন্নদা তুমিন লৈরিসিনি
পৈশানা কোকথোক্লবা য়াবা
দাবিশিংদী খরা-খরানি
থবক ওইনা উৎকদবশিংদি
থবক ওইনা অমত্তা উত্তে
অব্রায় অখুম তৌনা
ব্রাহং পাউহং চৎথা
চুম্মী লাল্লি হায়না
অদুম অদুমমক তোকখি
থা থা থাবুংতোন
নচা মোইরাংবী পোবিগে
অঙাং মচাদ থেম্বগুম
থেমদুনা তুমহন্দুনা থম্বী

মসিমত্তদা হায়রগদং তোক্লবদি
হেন্না হেন্না মাংজগনি
অমাংবগী মশিংনা মশিংথিঙমথিদ্রে
বন্দ তৌদবা য়াদে

## পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক্তা

পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক্তা
মীওইবা অমনা মীওইব'মগী
পুন্সিগী থৌদাংবু কিদুনা
তুং হন্দুনা চেল্লবা
নোক্কি-নথৌদাংনা নঙোন্দা
হন্না হন্না য়েংদুনা
কয়াদ পংলিবা অপংবা
পংখ্রেদা মীওইবা নঙসে
হায়রি নঙোন্দা লাওরক্কি
চেনগনু অপংবা চেনগনু
কিরুগনু কনাবুসু নঙনা
শাংলবা পুন্সিগী লম্বিদা
পুন্সিগী খোঙথাঙ খুদিংদা
তিংখঙ কয়া য়ুরবসু
তিংখঙদুবু নখুৎনা শত্তোক্লুনা
চৈনাখোন্দুবুসু খাঙবা তমগদবনি
খারমগনি শম্বল কয়াসু
খানিংবা মওংদা শম্বল
নমখায়বদি নমখায়রুগনু মীওইবা
থৈদুনা চৎনবা হোৎনৌ
থেংনগনি ঈশিং ঈচাওসু
ঈচাওদুদা তাওথখিদনবা নহাক
পাঙ্গলনা উপায় তৌদুনা
উপাম্বী'মদা কোনশিন্দুনা খাঙঙু
নহাক হিংদবা য়াদবনি

পুম্নমক অসিনা মাংথগ্রবা
মীওইবা নঙনা তুংথংহৌরবা
নহাক অকিবমা লৈতনা
পাঙ্গল থোক্লা হিংগনি
নঙনা মতম'মদা কিরম্বা
পুক্নিংগী থৌদাং অদুবু
থৌদাংদুনা নঙোন্দা কিরক্লগনি
নঙনা নথৌনা হেনকৎলক্লনি
হেনকৎলকপা থৌনাদুবুনি পাম্নরিবা
খ্বায়দগী অথোইবা গুণসু
মীওইবমগীদি মদু খক্তনি
মদুবু নশাদা য়াওহল্লু।

## মওলান অমগী ৱারিনি

মওলান অমগী ৱারিনি
লিরগে ৱারিসি ঐ
মুন্না তারোকো মরুপ
য়াম্না নুঙায়তবা ৱারিনিদা
লাইরিক ফনা হৌরকখিবা
মরাই লুক্না চৎচবা
য়াম্না ইং তপচবা
মরুপ অমগী মনাওনিপানি
অমম্বদা চৎপা মমান্নবমগী
মতুংদা মহাক ইন্নদুনা
তুং হন্ন য়েংঙমদ
অদুম চৎখি মহাক
মরুপ'মগী মনাওনিপানি খঙবদগী
ঐনা হায় মঙোন্দা
অমম্বদা চৎপা হৌনদে
চৎখিনু লাও চৎখিনু
ঐগী ৱা তাবদা
অমমম্বা মরক্তগী য়েংথোরকই
চৎমিন্নরিবা মহাক অদুনা
ঐঙোন্দা খানা য়েংলগা
মহাক্তুবু চিংদুনা পুখি
অকি তুজুংলবা ঐহাক্না
খোঞ্জেন হৌনা লাউই
নঙগা চৎমন্নরিবা মহাক্তো
লাই নত্তে লাইমুনি

হায়না হায়না লাওনা
মফম মরাং খঙখিদা
অদুম্মক উখিদে মহাক্তো
থিফম খঙখিদে ঐনসু
ইখঙ খঙহৌদনা মঙলান্দুদা
অমম্বা মরক্তা অঙৌবা
অঙৌবা মপৈ মপৈ
লৈচিল মপৈগুম উখি
করিনোনে হায়দুনা ঙক্লা
ঐনা চঙসিন্দুনা য়েংবদা
অঙৌবা মপৈগী ময়াইদ
মরুপ্তুগী মনাওনিপা য়াওরম্মি
ইপা পাখৎনা কৌই
থব্রায় য়াওদ্রমনে খুন্নকখিদ্রে
কপ্লম্মী মাগী মনাক্তা
মচল নুপী অতোনবিদুনা
কনাদা করি লাল্লুবগী
কন্না হাৎপিরিবনো হায়দুনা
অপোকপী মমানা তেংথারকই
ইচাগী মরাল লৈতবনি
খঙহৌদনা ঐহাক অদুম্মক
মীকপ্ থোক্লকখি তাইবংদা
করি মঙনোনো খল্লিঙৈদা
থোক্লম্মি অশেংবা তাইবংদা।

## অকিবগী অকিবা ঙাক্তনি

অকিবগী অকিবা ঙাক্তনি
কিদবা অমত্তবু লৈতে
য়েংঙু য়েংঙুবা খুদিংদা
মিংনা উরুবা খুদিং
অহানবদা হিংবগীদমক্তা ৱাজৈ
ভুধি লৌশিংসু লৈনিংঙই
মীরক তিন্নবসু হেৎননিঙই
হোৎনবগীদমক খোয়না কিদে
পুন্নমক্তগী অকিবা অদুদি
ঐনা মীবু কি
মীমুক কীবা লৈতে
খ্বায়দগী তমথিবসু মীনি
মীনা মীবু ফুবি
মীনা মী ওৎলি
মীনা মীবু লাক্রে
মীনা মী হাৎলি
হুই হৌদোংদগীসু হেল্লি
মী মশেন্না য়েংথিনবা
খন্দে মাংগী করিমতা
য়েংদে তুং হন্না
অকনবা লোয়না শাই
কনবসু লোয়না কল্লি
মশিং য়ামদবা অশোনবা
ৱা ঙাংদা তুমিন

অকনবা মরক্তা চিঙ্খোক্লা
হায়জা লাওজবসু ঙমদা
খল্লি থম্মোয়নুংদা
নুংত্তি নুমিৎ খুদিংগী
মীচিক মীরাওখোন তাদ্রবদা
মহৌশা লাইরেম্বীনা হায়জৈ
মীওইবা ঐখোয় মশেঙ্গে
অমুক্তদি পুন্না নুংশিনহনবিয়ু।

## নঙ হান্না ফখো

নঙ হান্না ফখো
মীবু ফত্তে হায়রুখিনু
নঙ হান্না ফখো
মীবু ফত্তে হায়রুখিনু
নঙ নশা ফত্তনা
মী ফৌ য়াখিরোই
নঙনা হান্না ঙাংলুরবদি
মাসু চিন খুন্নক্কনি
নঙনা হরাওনা কৌরবদি
মাসু নোক্লা খুন্নক্কনি
নঙনা মাবু উসিত্ত্রবদি
মীনসু নঙবু উসিৎপীরোই
নঙনা মীবু ইকায়খুম্নরবদি
মীনসু নঙবু ইকায়খুম্নগনি
হায়নরগা য়ানবা মীওইবনি
তান্নরগা হিংমিন্নবা য়াবনি
নঙনা হায়বদং তাও
তাবিনবা কনা লৈরক্লোই
মীনা হায়বসু তাগদবনি
হায়না হঙনবা হৌনবনি
অকনবখক্তগা তিন্নগেসু খনগনু
অশোনবা মীবুসু তিন্নৌ
অয়াকপা ব্রাহৈ খোঞ্জেন্তনা
অকনবা শকপসু ফত্তে

অকনবনা অশোনবদা য়ৈ
অকনবনা য়ৈদুনতা লাকপদা
অশোনবনসু অকনবদা য়ৈবনি
থাজদবরা নঙ থাজৌ।

## ফত্তববু ফত্তে হায়গনু

ফত্তববু ফত্তে হায়গনু
ফত্তে হায়বদা হরাও লৈতে
নঙনা ফত্তে খল্লিবদু
নঙনা কৈদৌনুংদা লোয়নরব্নু
ফত্তে খঙনা খঙনা
মতম পুম্বদা লোয়নরবদি
নঙনা ফত্তে হায়রুবদা
নোংমদি শোয়দনা খংনরক্কনি
নঙনা নঙবু ফরে
ফরে হায়জবা ঙল্লবদি
ফত্তবা মাবুসু নঙনা
নঙগুম্না অফবমা ওইহল্লু
মদু ওইহনবা ঙল্লবদি
নশানা হায়জবা নত্তবদা
মীয়াম্না হায়রক্কনি নঙোন্দা
নঙ অফবা মীনি
চাওখৎলবা ঙসিগী মালেমদা
মথন্তনা ফাওরে হায়জবা
মীয়াম্না মমিং খঙদে
মীয়াম্না খঙবা ওইহল্লু
ফত্তবদি ফত্তে হায়বিরোইদবনি
ফনিংদবা মীওইবা লৈবরা
ফত্তবা হায়বসে সোয়খিবদগীনি
রাখল, খোঙথাঙ, লম্বী
অহুমসি ওন্নবা লানবদগী
ফত্তবা হায়বা ওইখি
শিদ্রিবা ফাওবগী মনুংদা
ফননবা চুমথোকপা য়াই।



# অইবীগী শক্তাক ৱারোল



**ঙাঙোম ওংবী সনাহনবী লৈমা**, অইবীগী মিং সনাহানবী চীংঙারেল তাং ৩/০১/১৯৮১ ইং, পোইনু থাগী ২৭ নি পানবা নুমিত্তা খুরাই চাইথবী মচীন্দা পোকখি। অপোকপা মপাবুংগী মিং সেঞ্জম ইবোতোম্বা মৈতৈ, অপোকপীগী মিংনা অথোকপম নিংঙোল সেঞ্জম ওংবী তাবাবী লৈমা কৌই।

মহাক্কী মচিন মনাও তরেৎনি নীপা মরি, নুপী অহুমনি অইবীসিনা খ্বায়দগী অহলনি। অইবীসি ১৯৯৮ দা ঙাঙোম ইবোল (কমলজোয়) মৈতৈ, কংলা সিফাই অৱাং লৈকায়দা লৈবগী লোয়নবী ওইদুনা হৌজিক হৌজিক্লা চীংঙারেলদা মচা নীপা ঙাঙোম অচঙবা লুৱাং, য়াইমা লুৱাং, সনীয়া চনু অঙাং অহুমগী মমা ওইদুনা চম্না পুন্সি লেঞ্জরি। চহী নৌরিঙৈদগী হৌনা ১৯৯২ দগী ঈশৈ ময়েক, শৈরেং ৱারীমচা অমদি লীলা মচানচিংবা ইজবদা অঙাওবী সোনো চুবী হায়বী মিংথোল ফাওবা ফংলবি অইবীনি।

১। ঐ শৈরেং ইখীনি শৈরেং লাইরিক ২০০৮ ফেব্রুৱারি;

২। তাবীনবা লৈত্রবা ৱাকৎ - শুমাং কুম্মৈ লীলা লাইরিক ২০০৯, ওগষ্ট;

৩। ঐবু খামগনুনে অখাম্বা শৈরেং লাইরিক অসিনা অইবীসিগী অহুমশুবা ফোংলবা লাইরিক্নি।

ইমা পঙলুরে - রেডিও লীলা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা শন্দোকখ্রবা।

অইবী অসি প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিএশন মণিপুরগী লাইফ মেম্বরনি। প্রেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরমগী লাইফ মেম্বর অমসু ওইরি।